# ফগী শিংজু মহাও

বাংখৈরাকপম বিরেন্দ্রাজিৎ



**Phadibee Singju Mahao**
*(A Collection of Poems in Manipuri)*
By. Wangkheirakpam Birendrajit
Imphal, 2004

অহানবা ফোঙবা ঃ মে, ২০০৪

অফোঙবা ঃ ৱাহেংবম ওংবী বিনোদিনি,থবান থাবা লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট।

কোপী মশীং ঃ ৫০০

মখুম ঃ দব্লউ বিরেন্দ্রাজিৎ

মমল ঃ লুপা ১০০/-

BY

**Typesetting** . CINTEC Computer World
Palace Gate, Imphal 795001
**Website** www cintec cjb net
**E-mail** CINTEC @ cintec cjb net
✆ 2444802/2230114

*নম্ফম ঃ*

*আর.কে পি আই.*, নোংমৈবুং বজাব, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১, ✆ ঃ ২২২২১৪০

# কচ্চবা

হিংলিবা ঐখোয় হিংবগী মহাও খঙনিংই লৈতানা, লেংমান্নবা মীরক্তগী তারুদনা। চল্লবা পুন্সিনি লমদম অসিদা পোকচবা ঐখোয়নি মৈতৈ, মৈতৈ লৈবাক্নি।

লৈজরম্বা ঐখোয়গী চৎনবীকলম শীজিন্নবীদবনা মাঙখিগদৌরবা লোল, চনবীরম্বা অরোনবা পাউখোঙ, শৈরোল শৈথা কাঙলম চানা শীজিন্নজ ঙসি ইমাগীদমক *কন্দিবী শিংজু মহাও* বু ৱাতমজা কৎচৈ মীয়ামদা ৱাচুমথিনা। অরান অহুই কয়াবু অপঙবনি, নৱানি নীংবীনা অশোয়বা কয়াবু ঙাকপিয়ু। অরানবা কয়া ৱাচুমবীয়ু কৎচ্চরি তোল্লবনা ইমাগী মফমদা।

*রাংখৈরাকপম বিরেন্দ্রাজিৎ*

# ৱাহৈ খরাদং

বিরেন্দ্রজিৎকী "কদিৱী শিংজু মহাও" অরুবা ৱাহৈ অরুবা লোন য়াম্না তোপ্পনা য়াম্না কুপনা থেংনৈ কদিৱী মখল মখল থেংনৈ, অমুক খঙই অমুক খঙদে তৌই। শিংজুদা কোমপ্রেক কদিগোমসু থেংনৈ ঐনা খঙদবা ময়ামসু হেক হেক য়াওরকই খরা মুল্লা পাংগা খঙবা হেল্লকই নুংঙাইবা থেংনৈ। থাইনগী য়া ওইরগা হেক্তা য়াদে অরিবা ওইরগা হেক্তা য়াদে অনৌবা নোংচুপকী বা ওইরগাসু হেক্তা য়াদে য়াম্না চিনহাও থি বিরেন্দ্রজিৎ। অপীকপা হৃনথনা য়েংবিরবা কাওবুশিংবু উৎশিন্তবা য়াদে

*চৈজীংদা পেনাগী*
*শৈরোলদা অনৌবা*
*কাওলুপ্তা অপীকপা*
*লৈতারি তোমথিন্না*
. . . . . . .   .
*হৃনথবা ৱাখলনা হৃনথনা য়েংলিউ*
*হৃনথবা কাওলুপকী অতোনবা কনাদি*
*হৃনথবা লৈতে অনৌবা ঈনোং কারক্রি*

সমাজদা মখল মখলগী মী লৈ। মী অয়াম্না মানা হায়রগা মানা হায়রগা লোইংরে তৌনে ঐনা ফজে ঐনা ফজে তৌনৈ, বিরেন্দ্রজিৎ মদু য়াদে, মী খুদিংমক চপ মান্নদবা যাই। অচুম্বা মিথরেংনি অচৌবা ৱাখলনি -

"*ঐনা ঐনি নঙনা নঙনি*
*মীওই অনি থেন্নবনি*
*অসি খঙনা চংমিন্নসি।*" - ১০ শুবা কবিতা

পৃথিবীদা মান্নবগী অমত্তা ওইবগী ফজবসু লৈ অদুবু মী পুন্নমক চপ মান্নদবা যাদে হায়রবদি য়াম্না লুই। হিন্দুনা হিন্দু ওইবদা নুংঙাইজে মুসলমানসু মুসমান ওইবগী নুংঙাইজে। মী মখল লৈবগীনি অমুবা অঙৌবা জাৎ পুন্না লৈবগী ফজরিবনি পৃথিবী অসি। অচৌবা অপিকপা লৈতে লাইরবা ইনাকখুনবা লৈতে অশেংবা অমাংবা লৈতে ভগবান জগন্নাথকী মফমদা। পুন্নমকপু নুংশি পুন্নমকপু চাক্লি।

বিরেন্দ্রজিৎকী লাইরিক অসিদা মরু ওইবসি মসিনি শিংজুগী মহাওনি।

সমরেন্দ্রা (কবি রত্না)
তাং ১৯/৬/২০০৪ ইং

# অইবগী ৱারোল

তীলোল্লা লাইরোল্লা খঙদে নোংমা-নোংমগী থম্মোয়দা য়েরকখিবা ৱাহৈ ৱাতা খরদং অসুম অসুম ইশিনহৌবনা চেনা মশিং ফনা য়াম্লক্লে। মশিবু লাইরিক ওইনা পুথোক্তুনা মীয়ামদা খুদোল ওইনা তম্বদা যাগদ্রা য়ারোইদ্রা খনবদা লৈতাফম ইখঙ খঙলমদে। নোংমা লৈকাইগী মাম্মশিং থোকপা ঙাংবম কুল্লচন্দ্রদা ঐনা ইশিনহৌবা ময়াম অদু পুদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকপদা চোপকদ্রা-চোপলোইদ্রা হায়না হংজরুই অমদি শেমদোক-শেমজিন খরা তৌবীয়ু হায়জরুই। শেমদোক-শেমজিন তৌরবা তুংদা কম্প্যুটরদা কম্পোজ তৌরে। কম্প্যুটবদা কম্পোজ তৌরবগী মতুংদা নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লৈবা ডাঃ খোলচন্দ্রদা অশোয়-অঙাম খরা য়েংবীয়ু হায়দুনা শিন্নজরুই, মতম চঙনা য়েংবীরক্লবা তুংদা লাইরিক অসি নম্বা হৌখি। মথক্কী মীওই অনি অসিগী মতেংনা ঙসিদি লাইরিক ওইনা পুথোকচবা ঙমগদৌরে। লাইরিক অসিগী লোইশিনল্লকপদা ইকাই খুন্নজরিবা ওঝা ইবুংঙো কবি রত্ন লাইশ্রম সমরেন্দ্রদা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং ইবীয়ু হায়জরুবদা হরাও - হরাও য়াবীরকপগীদমক ওঝা ইবুংঙোবু হন্না-হন্না থাগৎচরি। ফিভম অসি য়ৌনবা হোৎনবদা তেংবাঙবিবা সেরাম ইন্দ্রজিৎ(সেন্দ্রা)কসু হন্না-হন্না থাগৎচরি। শেনগী তেংবাংবীরকপশিং, পুক্লিং থৌগৎপীবা মরুপ-মপাংশিং অমদি প্রেসকী মীওইশিংকসু অপঙবা করিসু খঙজদ্রিবা ঐনা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি। লোয়ন -লোয়ননা অমুক্তং য়েংবীয়ু অমদি পাবীয়ু *"খৌদী শিঙ্গু মহাৎ"* **কমদৌবগে হায়বদো ?**

খুদোল তমজরিবা

***ৱাংখৈরাকপম বিরেন্দ্রাজিৎ***

নোংমৈবুং, ইম্ফাল -৭৯৫০০১

# ফদিবী শিংজু মহাও

হায় পামদে
হায় পামদে
থরুম পোপ তেকয়ে
ঈতৈবা লাল্লোং
হায় কিজৈ ।
লাইগী খূৎশেম শোয়ফদবা
মীগী চিনফেন লোইনাইদবা
হায় পামদে হায় পামদে ।
ইমৈ নত্তে তৌরানি
তৌরা নত্তে ইমৈনি
হায় পামদে হায় পামদে ।
তানিংদে হঞ্জিনবা
শাংমল্লী পানিংদে
হায় পামদে হায় পামদে ।
হৌখ্রবা অরিবা
মতমসিদা চন্নদে
হায় পামদে হায় পামদে ।

(২)

চৈজীংদা পেনাগী
শৈবোলদা অনৌবা
কাঙলুপ্তা অপীকপা
লৈতাবি তোমথিন্না
মযোলদা মফমসিগী
খঙনবকলি মাযপাক্লা
চৈজীংদা পেনাগী ।
শন্দোক্লি মচু তবেৎনা
পথাঙনা পুথাংনা ।
নৱাগী পলেম ৱা
চৈজীংদা পেনাগী
শৈবোলদা অনৌবা ।
তোযনা চাবগী মহাও কোন্নথংদা ফংলকপা
ওইনম্বগী মহাও চৈজীং শৈবোল পেনাগী ।
হন্থবা ৱাখলনা হন্থনা যেংলিঙৈ
হন্থবা কাঙলুপকী অতোনবা কনাদি
হন্থবা লৈত অনৌ ঈনোৎ কবাক্লি ।
অনৌবনি খন্না শৈদাংলুবা পুন্সি
অফোংবা লানজংনি লৈতবগী
শেগাযরবা ফিজোল শেৎ
অফং অফংবা থুংউ থুংউবা মফম
যূম ওই, অতোনবা ঐখোযগী ।

'নকপা কয়াগী খল্লুদে
লাপ্লবা কয়াদি থিদৌরি
ঙসিদি চরা ফংলে
হয়েংদি লাইনা তম্বনি ।

(৩)

লাল লাকপা হরাওই
মী কপ্পদা নাচুঙদে
করিনো, মখোয়সু ঐগুম্বনি ।
মখোয়না শিবনা মিকাবগী
ঐনা নাচুংদে করিসু নাচুংদে
করিনো, লাইথুঙনি ঐগী ব্রাতনি ।
লাল লাক্লবদা কনানো হিংহৌগদবা
লাইথুঙদো ফংলবদা কনানো শিরোইদবা
করিনো, মখোয়সু ঐগুন্না লায়না চঙলবনি লোয়না

(৪)

মতম খঙলবা মীসু মতম মাঙই
পামদ পামদ হৌখিনি খঙনা খঙনা
ঙমদে কনাসু মতম্মু লীক্লা শীজিন্নবা
নঙনা হোংবা নাইরমদ্রবা
মীৎকুপ অমনসু শাই
তাঙ্কক অমনসু ওই,

নঙমুক তোনবা অতোনবা কনা অমা লৈরি ?
চাউথোকচবা কনাগী থম্মোয়দদি
নঙমুক চাউবা, নঙমুক কনবা,
কনা করম্বা অমা অমুক লৈরি ?
লৈতানা ঙাইহাক পম্থবসু তৌদবা
ব্রাবগী নুঙাইবগী খেন্নবসু লৈতবা নহাকশে ।

(৫)

পলেমগী নাউগুম ইশৈরা
অৱাইবনা ইপোৎ শাবরা
মখোল থোকত্রা তৌদ্রি
কনা নমু পোংগীনো
চোইনা তাবা শম্লাংবু
লুতুং খোইবাক শাবনা হেনবরা ।
নৱাদি হয়েংগী তুংগীনি
নোংমদা পোকপা মচানি
নিঙোল পিবা খায়ফদে ।
লানদা থৌবা পাথৌরা ?
মিপানতাংনা হিংবরা
য়েক্লা তিংখং লৈতবা
মৈতৈ স্না লৈপাকনি
কাউরবরা নখোয়বু ।

(৬)

করি য়েংলি
করি য়েংলি চনুরা
কংলাদা মেন তোং
লমদিংদা হুইগং থাং
মোংফমদা শরূ হুনবনদি
চবা নোংখনবা যাবোইদো
চাদশিন্না চখোমচাও
উদশিন্না মিৎলাওবী
নমানা কৌই তাদবী
নপানা কৌই খুমদবী
লৌরিদা ফিঙাং শেৎপনদি
নথীবক্তা তাগনি
নয়ুংলক্তা তিনগনি
হা উরিৎ নাপংবী
উরুম লাংলে চৎনবী
মিপান তাংনা হিংবনা ।

ফিকংলো চাকংলো
নুংশা লৈমা থোরকলো
উরুম লৈমা চঙখরো
খোংলনু নোংগৌবী
তুরেল লৈনাশি
শন্নরেম্বী থোরকলো
লাই খুবাক খুবিগে
নহুম পোঙ্জেল শাবিগে ।

(৭)

লাল্লক্তা মতম থিন্নদে শঙলিংবা
শঙলিংবসু নাকোইননা মনুংশি
পোকপদা লোয়নরকপরা মখোয়দো
শান্নবদা য়াওবরা চৈরাকতো
য়াথংনা লুরেল ওইরগা
লম্বীদি অমা থিবনি
চৈরাকশু য়াথংশু মকান্নদে
লৈতেংশু ব্লারকশু মপেন্দে
পান চাদুনা শিখিবা
মাইরেল চাদুনা হলকউ
হনুবী হেন্তাক হনুবী হেন্তাক ।

(৮)

কপ্পবা য়েংউ
হল্লকপরা য়েংউ
পুদুনশু ময়েংউ
থল্লগশু য়েংলম্মু
তপ্না তপ্না ময়েংউ
খঙলবকান্দা হায়য়ু
অতম্ননা হায়গনু
হয়েংগীশিমদি মথম্মু
কবি লৈরি হংলমমু
শিকি লৈত্রে হায়গনু
ব্লাইচিল্লিসু হায়গনু ।

হৈনবিগী মওংলা
লৈজরম্বগী মতৌরা
শোষ্বরা মতমদো
মতমদুগী চৎনবীরা
পথাংগী পুথাংগী চৎনবীরা
হল্লরোইদবা মতারা
ঙমগনিবু চুম্বরা
হয়েংগীদি থেঙমল্লী
মতৌদো হৈনদে
থৌওংদো চূনদে
অরোনবদি তৌফদে
পক্লদে চান্নদে শন্নদে
মীখা থাবদি য়াববা
মীতৌ তম্ববু চুম্ববা
মীকিথি চবোংলা ।

(৯)

নৌরিঙৈ তাদিংনি
মখাং কোল্লা চৈশুদো
তাদিংদ হায কন্নাদি
তুংগী পোলোই উঙমদে
মহাও খঙদা চিনমেনবা
চিনফবনা থৌপাঙদে
চেংবা কাব-কা
চেংবা কুম্ন-কুম
হরাওরে নুঙাইরে
থোনি থানিশু খঙদরে।

(১০)

লম্বী অমা লৈ
ৱাবীনিগু হাযরো
থৌদোক অমগী,
অঙম্বনা ফাখিবা
অশোনবনা থেঙহৌবা
উপাই লৈতা চোংহৌই
থম্মোয শোক্লা কপহৌই ।

অনিগী মবক্তা খেৎনবা
উপাইদি অমা লাক্লবা
ঙাকলৌ চৈঙাক থিবকই
উপাই লৈত অশোনবগী
লুগু কোক্লে
যেনপাকগু তূপলে ।

হৈতবনা হাযবনি
লৈজদবা মবোলদা ।

ক'গু খ'গু লৈচননি নাচোমনি
উঙমদা চৎত্রববু
শিবমদাই খোংগাওনা কনববা
পোকপদা লোযনরকপা লাযনাদি
শাগোন্ননা শিমিন্নে ।

ওইগী হৈনবী য়েংকী হৈনবী
চাংগী চাংচৎ অমত্তনি
ঐনা ঐনি নঙনা নঙনি
মীওই অনিগী থেন্নবনি
অসি খঙনা চৎমিন্নশি ।

খোঙগুলশু - মমিশু
লাইগুম লাৎলে মরাৎলে
কেখিবনা কেবাক থোক
লম্বীনদি য়াম্বনিনা ।

শিনফম্নদি অমত্তা
উবিনবশু য়াওদবা
খঙবিনবশু লৈত
উৎপুঙদা পাওদম্ববু
শেরাল্লবা লম্বীদুদা
ওইরক্কনিবু নিংবরা ।

লাম্বদবু ফংগদ্রা ।
ঐগী ৱাখল ঐগী থম্মোয়
লেঙচাদা লেঙপোৎকী
খোঙফম চাদা লেংথোঙফাই
ওইদবশিং মথং মথং ওন্থরকখি
কাঙলম চাদ শিনফমদুদা
খঙবীবা উবীবনা পেল্লে
চফু শৌবগুম শৌরবা ইমুংদুদা

(১১)

তেংথাবা পেন্দবগীনি
ৱারোলদুরা শৈরেংবগী
নত্রগা খোল্লেলকতা শৈশকপগী
অমম্বদা অঙানববু হংবদি
করম্বা মায়পাকপা খোংচত্তনো ।

## ফদিবী শিংজু মহাও

খঙনবকই পাউ ফাওনববতদা
মনবা অহেনবদগী মতম্মু তেলহল্লকই
মাঙজদে হনজিনবদা কান্নবা লম্বীদুদা
লাল্লবদশু ঙাকপী অঙাং ওইবগী ।

শিন্থা নাওবম থিববু
অহল অঙাং খাযফদে।

শোল্লবা লংজাগী হনজিনবা লীপুন
অতেনবা ব্রাবেংগী
শমলপ্পা ব্রাহন্থোক
পুন্না খংদোক শাদোকমিন্নশি ।

শৈশক অমতনি খুনাইগী
মান্নবা লিচিংনা খুনাইদা
লৈকাই য়ুমথোং শিন্না
কবিবু লৈবি নুঙাইবা
ঙাইহাক্তংগী পুন্সিদা ।

মশিং য়াম্বা কাঙলুপকী
শকমান্নদা মীয়াম্মু ওইবনা
চৈথেং মশিং য়াম্বনি ।

মীয়ামগী খুত্তনি পুন্নমকশি
মায়পাকপা মায়নৌবা ।

(১২)

মাই পাকপা মাই থীবা লাইবক্কীনি
অতম্বনা নত্তবা শোয়রমদবশিংগী
অরানববুসু নত্তে লাইবক্কা তম্বনি
লোয়নরিবা মহু-পুবা লিল
হৈনবীদো নহাক্কী চক্রিদা লৌথিনা
মতমদুবু য়ৌবক্লবদি মতমদুদা ঐনা
চৈখল কাখল লোইনা অতিংঙা
মখা কদোম অরাং কদোম
ইবু ঈশাইফুদবু ঈরোৎপরা
ইবু ঈচেলদবু ঈমাংবরা
ঙসিগী ব্রাখল ঐখোয় লোইগী ।

চানিংদ চাবা
হোংনিঙদা হোংবা
লৌনিংদা লৌনিংদা লৌবা
চৈরাক্লি অঙম্বগী (মতমদুগী)
তেরবা হায়বদা ইল্লবা
পংফদ ফজে অঙৌবা লীচৎ
পঙনুংদা নুংশি মামোৎ তৈরশু
পান্না লৌরুই শ্রী
মমৈদা নুংশিনা হাপ্পী সিংহ
ইশাবু ইশানা কাউজনা
ইমাংলকই ঈরৈদুদা
হজিল্লকপদা পোম্বী ককঙাওনরে ।

(১৩)

হৌজিক্কা ঙসিগা
কুইদ্রি মতমদো
মতমদো মতম অমনি
থৌওংদো পূক্লিং নুঙোল্লে
খাঙগ্রানি লুক্ত্রাকনি তুম্মানি
লৈতেংনি পোৎচংনি ব্রাৎপা যাদবা
মতমদো পূক্লিং কিশি নাইনদে
মিশুম লাইব্রা লৈবমদে
চীক্লা হিংবা চিবিবা
অমম অঙাল লৈতেংদা
তওৎ তমঙ খুৎনাইবগী
শেমখাই মতেক পাইনি
চেংপোত্তা মাইবেল তোপ্লা ।

মতমদো অমনি হে
থৌওংদো মতা'মনি
ফিবুম্মু তজ্খায়তা
ফিজেৎনা ফিব্বালচন
মুক্লানা অথোয়বনি
কাংজৈনা পোৎতপনি
চেনজোং মাঙজোং
ঈথিং পস্থিং
শৈদমনি শিনতমনি ।

(১৪)

হাপ্পবা পূক-খৌরাংবনা
য়াতাবনা লমথুং অমনি
ঐনা উরকপদু শ্বাইদনি
শিনা ঙাংনবদি অরাপ্পদনি
ব্রাংবা চাউবা কুচু
লোয়না শুরে লাউথোকপদা
খোঙচৎতুগী কান্নবদি কদায়
তিঙ্গাকোক ।

(১৫)

মৈনা ব্রায়রবদা
কুমগী নোংনা খোংঙম ব্রা
লময়াইদা পোৎথম্বা
শাইকংদা পোৎলোৎপা
খঙজদবগী মতৌরা
ঈশোকতা পাৎচাবা
পুম্লেন্দা ঙাফাবা
ঈশিৎপদা ঙাতাংগে খনববু
হৈজদবগী থৌওংনি খূৎশিন্নি
উনা উনা থীনেৎপা
পুনা শংবায় নাতৎপা

খোঞ্জেল তারিবা
থৌদোকশিংদুনি অচুম্বগী
অঙাংগী হৈনবী ব্রাহৈদুনি
কপ্পগা তল্লি তল্লি ব্রাহৈনা
হাহায়ো তিঙ্গাকোক
কদাই-লোইনা মাঙখ্রে অসিরা
ঈনোৎ কাররক্লশু
ঈব্রাইরক্লশু
থেমখিনি ঐদি থেমখিনি
থেমখিনি ঐদি য়াদ্রিফাও
নীংখায়রক্ল'শু
চিংখাইরক্ল'শু
হল্লরোই ঐদি হল্লরোয়
নোংও চুরো হনুবা হনুবী তাউথরো ।

(১৬)

কদায় ঐগী তাবু
কুমগী নোং লাক্লে খঙদরা
মতমদা লৈরোল চনখ্রবা
নুংশিবা খোঞ্জেল থাদোয়
হাদ থাদোয় পিথাদোয় ।
কদাই ঐগী লিকফাং
খুনগী খুনবুং য়ৈরক্লে

কাউখ্রবা খুৎথেক জগোয
মতমদা চোংবা খোঙফম
উৎথোকলো শাফোঙলো
কদায় ঐগী ফদিবী
লেংমান্নবী ইভারোয়
হোইবু লাউনা শান্নশি
মতমদা তাউথরো ঙসিগী
খোঙলোয় চাবা খোঙবুগা

(১৭)

পোৎথাফম অমদি শেল্লবা
পোৎথাজনবা ৱাখলশিনা
হিথাংফমসু অমা শেমলবা
হিথুংফম্বু ওইজনবা হিরানবগী
খূৎশেমগী নুঙাইবা পন্থুংফমদুগী
মফম'দুমগা মায়পাকপশিংদুগী
লৈত্রে নুঙাইবদা পন্দোন লোম্লে
শন্নিশো ভুংদশু মাঙদশু
ৱারক্কী তয়াল য়েংবদদি ফজখ্রেদা
ৱাতা অসিমদি মতম অসিমক্কীনি ।
ৱাখলশু ঈচেলশু ঈতাউথোকখি
ঈচেলবু কনমনখিবনা
চৈবী চৈথেংকী, মীৎকী পোইরৈ তামখি

ইপাম লমদমদি মৈহৌরে
শৈদাংবগুন্না হিংলম্বনা
পিকখ্রবা ইমুংদা চাউরবা লানজাও
নাকনদা ব্রাংমগী মৈশা মৈরি
অপুনবগী শকতম্বু শেমগৎপা নত্তে
উদবনা অচুম্বা অফববু
ওইহল্লি মুৎনাইদ্রবা মৈবি মৈশা
যৌবকপদ মঙাযবি পানবনা হাল্লি
হকথেংনরম্নবদি শাগোন্ননা
য়েৎলা ওয়রা তুংলা মাঙলা
চৎলমগনি ঙাওদুনা মীমাঙদা
পীকখ্রবা ইমুংদুগী চাওরবা লানজাওদুদা
ক্বাক ক্বাক করি পাউনো ময়াল্লা
ইচা খোমদোন মৈরৌবী চেৎনা য়াল্লু ।

(১৮)

ঙসিতমক খূনবরা
মমাঙদবু লৈরমবরা
শাগী-শা লালগী-লাল
শরা-শল্লে শুম্নাংদা
ঙসিতমক খূনবরা
ঙসিগী চৎন'লিকলম
ওকপগা থোম্বগা
কাপ্পগা খোঙ্গগা
অহন্না হনবরা

অঙাংনা ঙাংবরা
কাপ্লগা খোৎপগা
ওকপগা থোম্বগা
চেল্লু চেল্লু লুকোকপী
তাল্লু তাল্লু খাঙ্গোনবী
কুম ফত্তে কুমফাইরে
হায়দরে ব্রা-মাঙই
হায়রে ব্রা-ফংনৈ .
মতমসিগী কৈবান্নি
মথক চৎকে চৎফদে
মখা লীৎকে লীৎফদে
অঙাংনবু ঙম্বরা
অহন্নবু হনবরা
মতমসিগী কৈবান্নি
তোলৈমা অঙাওবীনা ফক্লাংদা
ইচেমহন্না লুখুমদা
ঙানপ অতেকপনা উয়ান্দা
মতমসিগী কৈবাননি ।

(১৯)

উরে খঙলে উশিত্তে
হৈনবীদা লায়নানি
নাচুঙদে কনাশু নাচুঙদে
তেনবাল্লে হৈনবীদুদা তেনবাল্লে
উরে খঙলে কনাশু-নাচুঙদে

নৈহৎপিবগীশু নাচুঙদে কনানশু নাচুঙদে
চৈনাদা অখাবগী, মৈশানা মৈরায়রশু
মন্দ্রি হন্থদ্রি খৌরাংবগী ফিজোল
পঙথদ্রি রাখল মচীন. তুমলি অমম্বদা
নৈহৎপীবগী নাচুঙদে কনাশু নাচুঙদে
নাকন্দা মাঙদা মঙলাক তন্নফাওবা
যূমগী যূম্মুরেম্বীদি কপচরি
অউবা কনানা তানগী খুবাক খুনরি
অহোয়ননা অতম্না লম্বীদুদা
হিদান্নবদি কান্নরোয় লৈনাদুদা ।

(২০)

শীংথাফমনি ফজবগী
ময়োলশুনি ইম্ফালগী
ঈচুম্না ঈচাওথোক্লবা
খোঙহায়চাবা ইমা কৈথেল
য়ূমদাংবনা কৈনাইরবা
ওষ্বোক্লা তোনখ্রেদা
অহাওবা মশক খঙলুবা ।

(২১)

হাইথরো হিরোয়শা মংদুদা
কূমথরো মরূপলোয়-কূমথরো
মচুথোক্তা ঈপাকতুগী ঈরৈদুদা
অঙৌবা শাজৈনা মীৎমাঙদা
ওন্থরে মাইরেল কায়বে তুম্বা
থেংল-থেংল শৈশক-হেনবা
মাঙল-মাঙল খূবাম চাউবা
তুংগী খঙদে য়াৎপা য়াদে ঙসিগী
অতেনবা ব্রাহৈদা
অচাইবা ঈবৈদুগী ব্রাহন্থোক
হনঞ্জিন হনঞ্জিন খনখিনি লৈগা থোক্তমখৈ
থৌবু লৈতা থৌথিনি অপূনবা কিশিগী মপুল্লা
য়েৎতা লৈবা ওইদা লৈবা থৌনাই থৌকাবা
ঙসিদি ওন্থরে মাইরেল কায়রে তুম্বা ।

(২২)

মাঙদা য়েংলে মফজৈ
তুংদা য়েংলে মব্রাত্তে
শরী-লিৎপি মরিৎপী
মতম থানা ফজবনে
চীনবান লৈতোন্না শেংবনে
কুমশি কুম্মু তম্বিরো

# ফদিবী শিংজু মহাও

ঈরোলনুংদা লৈর'শু
ঈরেলদুদা লৈরম্বনা
ঈতাওথোকখি পল্লমদা
মূক্লদনা কুম্লকপদা
হা নিংথৌ তূকাউবা
নতুং নমাং ওন্নরে
খুবাই-মাঙজোং চোংবদি
নকুঞ্জা কাওখায়নি
ইরোল থোক্লা থোক্লা
ইপাঙ্গল লৈনা লৈনা
তুশোল্লবা নরাগুম ।

ঙসি হয়েং হংচিৎ
পাল্লকখিনি নোংমা নিনিশু
হৈব-হৈরবা খঙল-খঙলবা
হৈহেকপা হৈখুনবদি কযানি
কান্নদে চাকচা-মাঙদদি
লীশাংশিৎপা তুংকোইবগী
থৌরমসিদি হায়-চৈকাবগী
হৈরাংলিঙৈ য়ুরাংবনবু হেল্লবরা
উদ খঙদ কনাবু লৈত্রবা
হংখিগদ্রা অমুক নৌনা
ঙসিশু পাল্লী
হয়েংশু পাল্লখিনি
মাঙদশু পানখ্রে কয়া'মা
ময়াংশেকপি

মথুনকাতি উবে
মোশু খোংদে লৈপূং ষন
চৎনদে মাইবী পাউরোল

(২৩)

খোয নখোয পঙলি
পুল্লপ পুল্লপ পঙলি
মর্চা মচী ঈশৌলাং
নাকপাক নাকপাক থরুমলৈ
উনারক্তশু ঈরৈ থাংনা
উতোল লোমখিনি উতাংবী
নঙনা ঐনা লৌতান্নরিঙৈ
য়াচংবদা কাঙ হৌই
ইমান্নবদা ওমচাক্লী ।

ফোঙদ্রি ফোঙদ্রি কনামতা
কাঙলুপকী নুংশিবা হো পাম্মুবা
ইমাগী মচারনে নহাকপু
তক্ষা য়াইবু থিরিবা
তমগী পাখং শাব-ও
খুবোম য়াইদো তাহৌরে
নোংচুপ চীংদোল কাবদা
নশক নমিং কাউখিনি
নোংচুপ চীংদগী ওন্থদুনা

ফদিবী **শিংজু মহাও**

লাংগী লাংমক্তা
অখাবগী লাং
অথুম্বগী লাং
লাংলক্তা হোংদ লৈতাবা
মিহৌ-মিকাবা লাংদুদা
কাংবনাইদ চৈথাবা
পুন্সি লোম্না শিদ্রিফাওবা
শাৎলে শাৎনা
পোম্লে পোম্না
লৈকাই য়ূমথোঙ য়েনা
লূবাক মখুম চেৎপবু
হিংলি মতেক্তা কাউববা
চৎনদববু ওইবরা
অবিবনা মিবাং কাববা
ওনশিন ওনশিন চানবে
মায়থি মশেল পোনরে
করি ওইরম্মী চৈরাও মমাঙ
উঙম্বরা মপোক-থা য়ৌদ্রিঙৈ
অউনষননা লৌচাবা
মপুনবু মাঙজবরা
ঙসিশিমসু হৌখরে
ঙাইখিগদ্রা মথং তাম্থা ।

(২৪)

সনাকৈথেল কারুবা
নাচোম খূৎলি থিরকই
কল্লক পেন্না হংহৌই
লেংগী লেঙ্গা মক্তনি
শামান্নবা মরক তিল্লকপা
মীরক্তা ৱাগী ৱাখা থারকই
লৈশক্তা লৈগী লৈওংনি
ৱাত্তা পাদ নিংথিজৈ
লৈমকোন্দা পোক্লগা
লোয়শঙদবু চাউবনা
লৈশক লৈচু থোক্তনা
মিংথোল মরম হুকতেদা
নাচোমনি নাচোমনি
মীয়াম লৈপাক্কী নাচোম
ৱাখল ঈশা ফাংলবরা
মিরেল পাবোৎ লোল্লবরা
চাংদি তাদ্রি স্নকৈথেলদা
লেংগী লেংমান্নবা ইরোয়চা
তুংকোইবা ৱাপাংবনা
তুংলম লম্বী য়েংউরো
ল্যাইদা উশিন নঙ নঙগী স্নাকৈথেল ।

(২৫)

মখাং কোল্লা চৈসু
তেংবাংলি ইপুদা
পাওহংলি ঐনা
নরা কবামচাউনা
খঙনবা খঙদববু
তম্পাকলমদি কাউথোক্লা (মীবাইনা)
নুঙ ফুকপা ঙম্লফাও
চৈরম পোরম খঙলফাও
হংখিদ্রা ইপুদা
ঐন৷ চাউরকপা খঙলকপদগী
ইপুগী ব্লাহৈ মখাদুদনি
ইফমদগী লৌখিদে তেংবাং
হাপ্লুদে পাঙ্গল ইপুদা
মরাল লৈত লৈমাইদো
মরাল য়াওদা চৈশুনা
খূৎ পেন্না চৈফুইদো
ঐবু হৈনবা ঐবু শিংনবা
মকাদি ফোংবা য়াদে
অওৎ-অপা ইশুমাং
শারা শল্লে মীখাদাংনা
অতন লাইনা শুমহৎলাই
নোংমা নোংমা কাংদে

মীতৌ তম্বু শারমচৎ
ফন্না ফন্না মীমাংদা চাং-তা
কল্লকইদা শকহেনচা
নঙগীদি য়াওদ্রা চাকথুং
পোয়কনবা নরানদা ।

(২৬)

ওইদা কাঙলমচেন
লীকলম লীখুনথি
পুন্সি কেমদোয়না
ওইজ'করি ফংলবা
চোংনা লালহৌদে
চনিং তাহৌদে
হাকুমনা মেনবা
হৌখ্রে লাংওন
তমখ্রে কুম
মেনবা য়ৌহৌদ্রে
মেন্না মেন্না
তমখ্রে কুমসু
ফুন্দ্রি ফুন্না ফন্না
পোরমসু খঙদা কয়া অমা
পুন্সি কেমদোয়না
মথংনা ফগদ্রা

পাল্লিববু য়েংগদ্রা
লৈকাইদা হংগদ্রা
মনীংথোঙদি থিংদনা
মাঙখ্রে মোমোন্নবা
ওনখ্রে খোয়শাওবা
মীবাল পাউ নীংথিবা
নঙগীবা ঐগীরা
ওইজ কবি ফংলে
নিংদোলনা চীংদোল চোং
লাইমন ওইদৌরি
লীকলম পোরম খঙদা
ফুন্দ্রি মেনবা
ফুন্দ্রি ফুন্না
চীংদনা অমা তমদনা অমা

(২৭)

খোইরেল মশা পাইরে
নুংশিবনা নুংদা মপোক অসিদা
মহাও খঙলকান্দা করি থোক্লবা
মথীসিনা অশুক হাওরবসিনদি
য়াওল খূদিঙ কপচবা
তাংকক খূদিঙ ইচঙবা
তম্পাক অসিদা মিরাল কৈবান

য়াওলগুদা ফমপাক্ত মোনখাঙনা
নোয়হল্লগা ফাউহল্লে
পীজরগা তেংল্লে
ফোংনা ইরল ঈরোৎলে
ইদোম ইরল সলোল্লে
মীশুমাঙদা মিতা খমদা
শাইদাং ইয়ুমদা মীপোৎকুন্না
খঙনা খঙনা ফিরূক পুঙমদা
তম্পাকসিদা মীয়ান কৈবান
তম্পাকসিদা অশিবশিংনা
কোক্ য়াওদশিংনা তম্পাকসিদা
তম্পাকসিদা মীওৎপশিংনা
মখা চৎকে চৎফদে
মথক চৎকে চৎফদে
চৎনা চন্নফম চৎমাঙনৈ
তোরিংলম্বী লমপাংদে
তম্পাক ইরম লমদমশিদা
কোক য়াওদশীংগী তম্পাক্তা ।

(২৮)

মমাঙ মতমগী শক্লাইবা
তুংগী পোলোই কমদৌবা
মিংথোল কাবা লমপুদো
চন্নফম্বু ফংলবরা

ফদিবী শিংজু মহাও

হৈচাবনা হৈচাবগা
অউবনা তেনবাল্লে খজাইকাইনা
হৈবোং চবোং অমত্তা থাদবীবকউ থাবুংতোন
মতম ফনা মতমদো থমাংদা
হৈনা পাল্লম্মী মমাঙদা
ঙসির্দি নিবেদো লম্পুদো (নিবেদো)
লমথাং নাইনা মঙাল্লেনা
কৈবোইনা ঈবিক ঈবাচোন
কদাই ঙসিদি মপূগী চন্নফম
খঙদ উদ কনাবু লৈবি তমসিদা
তুংগী পোলোই কমদৌবা
কেল্লকপদা খুল্লকপা
মহাও খঙলা খূদুংইন
তেংবাঙ উশিন্না মেনঙমলোয
মমাঙ মতমগী শক্লাইবা
মিংথোল কাবা যূম্বুবেল
তমগী লাইদি লাইবোইবা
নুংদা নুংগী বাবু-ৱাশাদা
লাইমন মমিদি কোকঙমদা
তুংগী পোলোয কমদৌবা ।

(২৯)

চোন্থ কোন্থ হুন্‌বনি
ইরাং পুর মরু
ইতৈ ইরাং মৈরাইনা
চান্নদা চুশিন্দ চান্ন-চিন্নদনা
মতমদা য়াওল মতম শুরফাও
ইরাং মৈরাইরা মরু
মতমসিদা পোক্লবা
মফমসিদা চাউরবা
নঙলা ঐরা খঙদ্রি
হয়েং হংচিৎ খঙদ্রি
পাওখুমদি য়াইফরি নুংঙাইরি
থৌওংদি থবক্তম পোপতেকয়ে
চীংদসু তমদসু মালহৌই
তম্পাক লমদা পোক্লশু
নীংথা মশকতি খংঙমদ্রি
কুয়োমনুংদা ময়োলনা
ইপাল্লাংদনা শাফোঙ ঙাই
ইরাং মৈরাইরা মরু
চোন্থ কোন্থ ঙাইরমগে নঙবু
ইপা মচুম তাল্লরোইদ্রা
ইপূ মচুম ফংলরোইদ্রা
ইরাং মৈরাইর’মরু ।

(৩০)

থৌবু লৈতা থৌথীদা বাশক ইবেনতমদ্রি
হোবেল্লা হযেংদি হংইদা হন্দক পোকশিমদি
মঙদনি থৌবম পবেং
মুল্লশু মুন্দ্রশু হিংচাইদা
কেনিং কেনিংনা তোকইদা
মযোল মবি তৎ
অৱাই অখুম চীনহাইনৈ
তুংদা কান্ন'ৱাবম খংঙৈ
যেন্নীংলা যেন্নীং নত্ত
তুম্বাবা তুম্বা নত্তা
খূৎশোয চানা হিংইদা
বাপাংদি পোবেমনি
শিল্লম্না কাংখোংচাই
ৱাখলদি আ-যৌইদা
যোল্লে যোনশিৎতে
লৈবে চান্নাইদে
মতাদি মীথানদ মখৈ
মীযামদি মপান থোক
খলহৌবি তবাথোক্লা
যেংহৌবি হঞ্জিন হঞ্জিন
কাল্লে ফুনি কান্দ্রে ফুনি ।
লোংখ্রৌ অদুমক লৈবমদ্রবা

## ফদিবী শিংজু মহাও

মুনখ্রবনি ইচাদো
শৈশক অদুমক শকলমদ্রবা
কায়রবনি থৌবম লীকলম
তেংথাবনা তেংথাজরবশু
ইশাইকোন নক্পদি মন্নাৎলি
চুমখ্রেদা মমাঙপাওবৌ
লীরমদ্রবা অমুক্কা ফুঙ্গা-ৱারী
মুৎলমনি তাক তাক্লা
চোংলম্নরোয়দবনি অনৌবা য়েন্নিং অমুক
শিনতমলে শিনপাঙ্দে
মিতৌ তমলে তুংইনবা ঙমদে
হৈচাদি ফংদ মহাওসু কাউঙমদা ।
নঙগীনা মহেন্দে ঐগীদগী
মতৌ লাকঙদববু মংলাননি হায়
অখঙ অহৈ ৱাতানৈ
অমম্ পাওবোলনা মহেল্লে
লাইদা লুপ্পি মীথোইবগী
তমদ্রি কনাশু মীগী মতৌ চীন্দ
শাযোল্ল মথং লাকপগী
থাজনরি অমম্বদা হনজিন্না
য়োংদগী মী মীদগী য়োং ।

(৩১)

ঈবক্তে য়েনীং হুন্দে
হন্থমল্লে পুথমনখ্রে
পিদোল্লে চাকথুং মুনবিরেদো
ময়াই কারি ঙসি ঙসিমক
মীচাবোক্লা লাঙ্গোযচন
লানপাং নত্তে
মোংফম থিবনি
কোকথোন লুহুপ
অবোনবা মায়খুম
উদ্রি কনামতা খঙদ্রি খঙদ্রি
অরোন-অথুপ তৌইদা
মপুগী নোংমা কাউথোক্লা
ইনশিনবদা লৌইদা
অনৌ-ইবম শেম্মীদা থংনবদা
ইবম লৈজ-লৈজনা মখোযদুগী
পোৎশেমনি কাউজা
লাযনাদি খঙজদা
হঞ্জিন-হঞ্জিন শোন
ঙসি ইমা লৈপাক
ঙসি ইমা লৈপাক
ঙাওরে ফুই ঙাওদে ফুই
অনৌ লায়না থুংলবে
কানম লাক্লফাও চাকখুমদ্দা
লৈকায় কাংশোই মনমদুঙ্গা কঙাওনহল্লি

(৩২)

মনদ্রি হন্থদ্রি অনৌবা লীচৎতুদগী
শামু তোংনা লুহোংবা
খুনুং হঞ্জিন চাতম্না মঙাংনৈ
মতমসিদা অনৌবা করি করম্বা লৈবগে
হরাও মীমাঙথোক
মায়পাক্লা থৌঙম্বা শকতাক্লা
নীংতম নুমিৎতি নীংশিংবা
শামু (তোংনা) তায়বোৎ লাকপবুদি
খুনুং ৱাখল মকাউথোক্লা
লেন্না তোংইদা মায় পাক্লা
লেন্না লেন্না চৎলিদা
হৈনা খোঙথাং তম্বীবদা
ইমাগী নুংশিবা ৱাহৈ
হৈনা হৈনা মাঙ্গোল শুমাঙদা
কাউমন্নশু কাউইদা
খুনুং হঞ্জিন শাফোঙনা
কেকু ফোঙ ফোঙ শাফোঙতম
ইরাল মাযকৈ পাংলকই
মাইবা মাবু কৌরুনি চৎখিবা
শামু মচাদুবু য়েংগদ্রা
মৈচাক খাঙবা ৱারমলোইদ্রা
ঙসি থেংনরুবনা মরুরব্রা
হঙ্গৎনা য়েংববুদি চৎনরমদ্রবরা ।

(৩৩)

লূকমাই পানবী হনুবী
নোং মরক্তুদা হনুবী
খাঙলি তুশোন মানশোন্না হনুবী
অখাক অরাও মরক্তুদা
হনুবী ঐগীনা চরা তানবনি
নোংনা কুমগী চুবনি
মরক কারক্তুনা অমম-অঙাননি
নোং মরক্তুদনা হনুবী
অখাক-অরাও মরক্তুদা হনুবী
যূমগী লৈত'ব্রাখন্দা
লূকমাই মচীদুদা হনুবী
শেন্দোংদি লায়রি ঙসিশিমগী
নোংশু লেপতে ।

(৩৪)

ফিশা লংনা তৎপনে
কিশিনা কিশি থাংবনে
নুমিৎতি ব্রাতোল লোমলক্লে
পারী ইবুংঙো চাউদবা
ইমাগী ফিশা লংচাক খুল্লম্মু
খোম্লাং নাম্মা পীথক্কে
নুংশা মৈশানা কনবনে
নুংগী মৈচাক্লা চাকপনে
ইমাদি খুজেং য়ৌরেদো

## ফদিবী শিংজু মহাও

হাদা ইপু শজিক ফানবাও
নপোৎ নচৈ মাঙহল্লোয়
নবুংঙোদবু তমজরু
অহোয়ননা চাক্লকপা
লাইওং খঙদ চৈনানা
নূঙদ ঈশিং চাইরে
হৈ লৈরা থাং লৈত
থাং লৈরা হৈ লৈত
খোয়শাওনর শজীক ফানবা
খঙলকইদো খুদক্তা লাইওংখঙদা
নোংম-নোংমগী
নোংমদি ফারগে মখল্লি ফাঙমদে
ইমাদি খুকউ য়ৌরেদো
ইমাগী ইবুংঙো চাউদ্রিবা
ইমাগী ফিশা শেল্লুক লাল্লম্মু
খোল্লাং নাম্মা পীথক্কে
ইপু শজীক ফান্‌বাও
নবুংঙোদবু তমজরু
চেঙফু ময়েং তাহল্লোয় ।
ইপু শজিক ফান্‌বাও
নবুংঙোদবু তমজরু
হৈপান মশিং হেলহনগে
শাহুমদি ফং মশক্তি উঙমদা
ঙক্লা পাউদম খঙদ পাউমেন
নিংথৌ নাকোং য়ৌরকই

## ফদিবী শিংজু মহাও

পাউদম লীখুন থিরুগদ্রা
তালোয় ব্রাকৎ ব্রাশুম য়েংগদ্রা
কৈরোই ব্রাচুমনিব্রু লৌগদ্রা
হৈনা শেম্মী কিশিদা
নুংশি লৌনম তাৎনুংদা
শামু মরাই তাবা ইরোয় মরেকতাবু
উনা খঙনা উশিংতে
ইমাদি খ্বাং য়ৌরেদো
ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা
শিন্নাই লংদুম লাল্লম্মু
কাঙজৈ কাঙদ্রুম পীবিগে
খোম্লাং পেন্না পীথক্কে
মীৎকৃৎপীদা তমজরু
পাজোম্মীদা লিজরু
নাচোমখঙদা লৈচিনবা
মীপোৎ মিহৌ মিকাবা
হোত্রোং হোনা হোবক্লে
হোত্রোং হোনা হোবক্লে
ইপু শজিক ফানবাও
খৃৎশু থাঙ্গোল মাঙহল্লোই
শিলোং পরীং কাযহল্লোই
ঙসি ফাগে ফাঙমদে
হয়েং ফাগে ফাঙমদে
চৈনাদি নোংমা নোংমা হাপলকই
ইমাদি খোয়দৌ য়ৌরেদো

ফদিনী শিংজু মহাও

হাদা নিংথৌ তূকাউবা
কুক্রু কু-কু খাঙমৈতং
নোংমা পোলাংখোক্তা
নোংমা কোক্কী কোকথোন্দা
তশেং তশেংনা শকতাক্লি
মুনবিথ্রবা মপু খঙদনা
তুশোন মানশোন চেক্লামচা,
মপুগী শঙ্গাই নুংদুদা
মীরোৎপনা পাথা চোন্থ হৈনা পালি
উরুরে রারী মতৌদো
তাক্লে খংঙমদে মংলাকনৈ
ঙসিদি ইমাদি থজিন য়ৌরেদো
লৌনম্না মোমোন্না পাল্লকই
মপুগী নোংমা কাউথোকনা
পারী ইবুংঙো চাউদ্রিবা
ইয়োংগী লং তৎখবে
লংলা লংজিন নাল্লম্মু
খোম্লাং পেন্না পাথক্লে
হা নিংথৌ তূকাউবা
কাউমন্নশু কাউইদা
নোংঙাল্লকপদা মঙায়রি
নোংমা নিনি শুদ্রিদা তাইনবগী
পারী ইবুংঙো চাউদ্রিবা

ফদিবী শিংজু মহাও

খোল্লাং পেন্না পীথক্কে
খুংবু পেন্নদা উংবীগে
কাংগী কাংখীল তম্বিগে
পোলাংখোক্তগী ফিবু লোকলম্মু
লৌগী লৌখোঙ খঙলকপা
চেৎলম্বা কিশি কোল্লকপা
তাল্লক্লুনি মবুংঙোগী ব্রাহংদো
নখুনিং অদুনা করিগী চেকখায়রিবা
নমিৎতুনা করিগী অদুক য়াম্না কৃৎলিবা
নিঙায়খেম্না লৈমাইদা চৎ
মতৌবু য়েংনা হজিন্না য়েং
ইমায় ইমিৎশে কৃৎনা চেখায়খি ইখোঙগু
পাউখুম ব্রাত্তা লনশোৎপী
চীনফেন ফনা খুমলকখি
মবুংঙো পাউদি ঙাইরমদা
অওক-অথোং লাল্লক্লুদা
চগেম্মু পোম্না চাথোকখি
ইমাদি খৌরি য়ৌরেদো
অউবা অখঙবগী মপোকথা লৈ
ইদ্রিবা খঙদ্রিবা মপোকথা খংঙমদে
ঙসিগী মঙলান তূমদনা নুংথিল পোবোপ্তা
ঙসি ঙসিমক হৌজিক্কী ঐখোয় লৈকাইদা
মীৎচান্নরুরে য়েংঙমদে
শাংলবা খূৎনি লাই-খুশাংবী মাগী
য়েরুম্না কৈদৌরুনি নুংবী মঙোন্দা ।

(৩৫)

চরু মৈবু য়াঙগদ্রা
পাম্মু য়াথংবু ইনগদ্রা
লমজাওগী অকনবা নুংশিৎ মাযোক্লা
অরি লায়না লাইপুন্না লাইমনকাঙ
ঙসি ঙসি হয়েং ঙাইরিঙৈ
পেম্মা নঙগু ঐগু পুমশি ।
মন্দ্রি হন্থদ্রি অঙৌবা লীচৎতুদগী
ঙসি তাঞ্জা অসিদা ইশাইকোন্দুদা
লৈকায় কাংশোই মনমদা কঙাওনহল্লি
কৈরোই য়াঙম্ শাফাতম মশুংলাংগী
মহাকথক্তা পাখং পাম্বোমদি তিংখিদা
মীমাঙদা পোক্লফমনিদি চাউথোকচা
করি খুদোলনো তমগদৌরিবা ।
নশাবী ননেম মচাদা
নৈন-নৈন নৈরা রাখল
পুনা পুনা পুজগে রাচৎ
চৈরক্তা তানচাদ জগোয়
লীতোন্না চিংনিং চিংনিং মায়কৈদা
রাপাংদি মচীন থৈরা থৈরদুনা
অকোয়বগী পল ইকোন শাবিবা নত্তে
জোম জোম ঈশিৎপগী খোঞ্জেলনি
নুপা নঙবু ইয়ুমসি হোংলসিদা

পেম্মা নঙবু ইয়ুমসি হোংলসিদা
পেম্মা নঙবু ঐ লৈরিদা
লিশিং অমা লোইখরে
লিশিং অনি য়ৌরক্লে
ইশোং ইশাইগুপ পোলোইনা উরে
নুপা নঙবু খঙ্খোৗদা ।

(৩৬)

পন্থুং লৈত্রি নাপোম অসিদা
লম্বা লৈত্র' কৌব্রু শামু
পোলোইদা ইয়ানচঙ
মীচংদা মীতোপ যাওরম
হাবুংনা শাবা লাইরেম্বীরা নঙবু
কুমলাক কুমদম্বদা তুং ইথং থং
শাথেকতি নীংথিজরি
চিদাইদা লীখুন থি
অখাঙকনবী লৈপাকলৈ
তাদে ইমাগী নুংশি ব্রাহে
মান্দে নোংমৈ খোঞ্জেল
নোম্ল নোম্ল নঙ্গলদা নকুম
হৈ-হেকপা হৈ-খুনবদি কয়া-কয়ানি
ইরমগী লাইফদিবীদি নত্তে
পোৎলুম পুবী ব্রাজবী

লৌনিঙ লৌনিঙ অম্মোন চন
ঐগীনি তম্মীরে বাশাদা
পোৎলূম পোৎপুগী নিঙদোনপোম
খোঙগুল য়াওল মতম অমগী
খূরক্কী ঈনা লাই শাই
তালোয়লক্কা য়াঙম্মীতোন
উরে মৱাযদো।
উদ্রে নঙবু কল্লকই
মীয়ামলক্কা ঐখোয়গী ।

(৩৭)

অঙাং-ও নৱা-ও তাবিব্রা
পেম্মা ইমা লাক্লে খোঙ হাংলো
পেম্মা নঙবু খোঙ হাংলো
নুঙগাই খোঞ্জেলনি চাউমল্লি
পলেম নত্তা পলেম শাবনি
য়ুমজাও পৌবোল শৎঙমলোয়
পলেম খোঞ্জেল মান্দেয়ে
হা'কৈবু কৈওইবা
শারমচৎনা উমংদনি
তমদদি তাইবং লীচৎ চৎপনি
ক্বাক্লা লানপাউ চেল্লকই
হরাওরে নুঙাইরে

চীংদা তাবা লমহূইনা তমদা তাগে মহায়বে
শিবুথোইনা নুঙাইবা, কবি লৈবগে
তমদা তাবা চেক্লাঙ চীংদা পাইগে মহায়রে
হরাও মথোয় কারে হরাওরে নুঙাইরে
ইমা নঙগী নতম্পাকতা
নব্রা ঐখোয়না শান্নজরি ।

(৩৮)

তারে তারে বাঁশি খোঞ্জেল
উরে উরে অব্রা নুংঙাই
উঙমদে তেংথাবা পেন্দনা
শানা শারাক তম্লসু
নদোম নরাল লংজবা
ঙাকথোকচবা ঙম্নবা হোৎনজৌ
পাউতাক মীচৈ থমলকই
মীচৈদুবু তাগদ্রা ?
মীচংনিবু লৌগদ্রা ?
মীতোপ্পা মীচং শাবরা ?
চীঙগী ঈচুম তাফমদুদা
তখেল্লে নাচোম লৈরাংনি
নঙসু খঙই, ঐসু খঙই
পোৎলক্কগী লাল্‌লক্তা
মৈরিদগী মৈখু ওন্‌
নঙ উনা খঙনা উঙমদে

খঙনা খঙনা খংঙমদে
খোংঙখিনুবা নোঙ্গৌবী
কুম`নোং লাকখিনি
অহল য়াথং ঙাই
নব্রা তুমখুন তাল্লশিরা ?
ব্রারীশি নঙোন্দা লীদনা
পাউখোংসে নঙোন্দা চন্দনা
কনাদবু তম্লুনি
চহি তরেৎ খুন্তাকপা (চাকতাঙবা)
মমিংতমক মিংকৌবী
মীয়াম মমায় তাবিবা পোৎহাপ্পা (পাথৌবা)
চেজায়তমক মচাইবী
চিদাইদনি খোঙ্গাওনরিবা
ময়োলদনা ফমথোল মকাইদো
উমং ওল্লে উমং ওল্লে
অনেম্বা নাপ্পী, খোঙখাদা
অচৌবা উপাল মরক্তা
লৈপাকলৈ, মিংথোলনা কৈদৌরুনি
মিৎতাংবী ।

(৩৯)

কান্নদে নুংশি মপাউ
চন্নদে পামু যাথং
যাওববা কনা-কনা মীরক্তা
ফজবগী, অহেনবগী, লাল থেংনবদা
ঐগীদি লোইবে নোংমগী ব্রাৎত্রগা
শাযবদবু ওইনমলিব্রা
ওইনমদুনবু শায়রিব্রা ?
থৈনা থৈনা থৈঙমদে
উনা উনা উশিৎতে
পোবেমনি তোংজদবা খোঙচৎতো
মৈনা চাকপনা হেন্না ফৈ
মৈগী মৈখাক নাইজবতনি
মীব্রা তাদে মীনম নমদে
মৈগী মৈশা লাংবদুদি
কযাদি ব্রানা খাঙলে
অঙাংবা অঙৌবা মচু মীৎতা
ব্রাবীদুদা অহোয়ননা
ফংদ্রগা ঙাওবা
ঙসিগী হয়েংগী অবাইবনি
ঐগী নোংমগী ব্রাৎত্রগা লোযবে ।

(৪০)

মীরোল খঙল তেন্নবা
ইরম চীঙ্গাক্তি কাউদরি
মীরক তাইবংলকসিদা
উহৈ মহাও হোংলমলগদ্রা ?
নামুং ৱাখল কাউথোক্লা
লৈকাই মীয়াম পেন্নবা
য়াথং ইল্লুই মীয়ামগী
মৈনা মৈৱায়ররবদসু লৈমায়দা
কুমগী নোংনা উনা খঙনা মখুম্মী
মশক উঙমদে পাঙ্গল থোক্তে
পীক্লা ফোং শহুম নাইদা
অপঙবগী শুমাংদা নোংমা
কোন্নথংদা শুমাং-শুমাংদা
থাগী মচা থাবুংতোন
ফীজং তরেৎ খনবিগে
য়ুখল মরুম লাংহনগে
লৈকাই চাকখাং য়াওরম্মু
কনা খঙদা ফীজং মরুমদা
য়াংলৈ ময়ূ অঙাওবা
লোন্না চীন্দম য়াতংলুই
তুংবু কোন্না মমৈদদি
ওন্থরকই থারৈবাক্তগী
থাগী মচা থাবুংতোন ।

(৪১)

ইমা কদায় ইপা কদায়
শোন শোন শোনসিবা
ইপু কদায় ইবেন কদায়
শোন সবা শোন-শোন
চাকঙাই-ব্বারি নত্তেদা
চৈতেক কোৎপী পনয়ৌবী
য়েনপাক তুপ্পী লমকোইবী
লীবীয়ু ইপু লীবীয়ু ইপু
থেংনরুনিদো নোংমদি
লাল্লখিনি শরেপ তান্ন তান্না
মথংদি করিনো ইপু ?
মথং
নঙনা হয়েং চাউরগা
চাউরা নরেপ ফারগা
লৈকায় লান্না কোয়গনু
ঙামোক পীয়ু তূমনিংলে
ঙামোক পীয়ু তূমদনবা
নমা হলক্রি কৈথেলদগী
নমানা চিনি চফু লৈরক্কনি
ব্বারী মখা লীবীয়ু
ব্বারী মখা লীবীয়ু
নমানা তঙ্গা লৈরক্কনি
নমা কৈথেল কুমলকত্রি
নমা কৈথেল কুমলকত্রি ।

(৪২)

পান্দা চাকপা মৈদুদি
লায়না মুখৎপা মঙম্মী
নুংদা চাকপা মৈচাকতি
নুঙোল ব্রাখলদগীশু মরাপ্পী
নঙদি নিংথৌনিনা খঙলমলোয়
অরাপ্পগী লাম্মে মৈশা ফংদগুম
অকোকপা অদুদা কান্নরোইদা
মকোক্কী মমা,
মঙ্গে থেঙ্গু কাউগনু
থৌরী কোঙ্গোয় লৈবনি
চফূ মনুঙদুদা হনুবা হনুবী
য়োংগী মচাশিংদো চৎখ্রবরা হনুবী
উদে উদে হনুবা
অদুদি হনুবী খজিক্তুং থোক্কে
য়াম্না থোক্কনুকো হনুবা
য়োংজাউ খুলাকপদ্দি লাকচনি
হনুবী চৈশুদো কাউহৌনি
লংদাই য়ৌরক্কদৌরে হনুবী
মহাও লৌবতনা মক্কান্নদে
ঐগী চৈশুদো হায়বা ইনবনি
খক্লংনা কায়র-কায়
চফূনা তোইর-তোই হনুবী
চাকতোন ফিদোন মহিংবা

কেগেনা কেরগা কেশনু
মরি মরাং হিংবরা ?
অৱানা ৱারগা হনুবী
মরী মতাং তৎপরা ?
সনা য়াথংনি হল্লোহৈ
সনা য়াথংনি তেরোহৈ।

(৪৩)

মসিমসু কান্ননি মচাশিল্লু
মসিমসু লৌশিল্লু মকান্ননি
থৌইনশিন্নি হিগায়ৱা
চাবদা ওকপী
ফায়বদা হোঙাই ইতোন্দি
ইচুম ফাওবা ফংনিঙ ফংমাঙদা
পেঞ্জরি কাইথরক্লী মখৈ
মোমোন মোমোঁন লৌনম্না
মাইথোঙ মাগী
নঙনা অৱাংদগী
মানা মখাদগী
খরনা মরক্কুদগী
খরগু কূৎলি
খরগু তোঙই
লৌতানরিঙৈ অপঙনা
ফমলম্বদগী হিপখ্রে ময়ায়দুদা

ইনশিন ইনশিন থৌদা থৌদানা
ফোং-ফোং শাবা ওইনম্বা হিগায়ব্রা
মসিমগু লৌশিল্লু
হেন্না ফবা অফবা
নারোলদা ঈদা ঈতিনফম শেম
মাঙশোক ফমজাউ কান্নকই
শ্বাই মঙাইরে নুঙাইবা
হন্থগবরা থনববু ।
লৈমা জগোয উদ্রিবা
শেনবুং খোঞ্জেল তাদ্রিবা
খুনুং ব্রারীবু ব্রাতম্না
উদ্রিববু অউশা
খঙদ্রিববু অখঙশা
মনাৎশু নৎতা লানিংথা
তীল্লমনি হাংজিন
লাইরমনি (খিনশিন)
ফূরা লাইশং মশাইদো
নোংমা নোংমগী কাযথবকই
মচেৎ মচেৎ ইবক্তগী
লেপ্তে কান্ননি লৌশিল্লু-মচীন্দা
নিংথৌ মচা পাখংদা
পুকফবনা 'পাহংদা
পঙজবনা 'মাহংদে
কোনুংদি শাই ঐগী নওে

লানগু ঙম্মী মীগী ওইখি
লাইবক্লদি ফনিনা
মবুংঙোমকনি নীংজখি
নুংশি শক্তম শক্লাকচৈ
মীতম শক্লাক উঁরোংখিন
মবুংঙো সেবা চৎখিদো
মচেৎতগী মশুং
মশুংদগী তঙ্খাই
হঞ্জিন-হঞ্জিন কায়থরকপনা
নাহৈ নাহে তৌ
মীরম লাইদি উশিন শিন
য়েৎকী পরৈ ওয়দা হন
ওয়গী পরৈ য়েৎতা হন
মবুংঙো মনীং তমজখি
লেপতে মচীন্দা
লৌশিল্লু কান্ননি
লৌশিল্লু লৌশিল্লে ।

(৪৪)

থায়না মথায় থায়না
ময়ায় চম্লকপা নাথৈরুরে
মিৎ পাঙনা পাঙনা
তিং-তিং চাউরো চাউরো শাংম্রো

ফদিবী শিংজু মহাও

শিন্নাই কাবী ইতারোই
ঙসি লাইগী লাইমাঙদা
হঞ্জোয় নহা লৈতম্বী
তরেং লৈমা তখপচোং
ফান্দা ফম্মা নিঙাই তৌ
শোৎ পেৎতা শিল্লোৎপি
নশুমাঙদা লশিং ফৌবনি
হুইনা য়েন্না লোকখিনি
চীংনুং সনা লোক্তগী
পাইবিরক্লো ইনেম্মচা
উরুরে ব্রারে
খোইমুদি খোইশাউরে ।
উরে ব্রারে খোয়ম্বদি খোয়শাউরে
তরা মচা তিন শুমাংদা
থেক্ক-থেক নৌগ-নৌ
লেমজৈ ইশানৌ
মচু কানা শম্থিতান
শিনকাপ মমি তাহন্দা
কুইর কুইর লৈশক হেন
মচু লংদি কুম্লং মুবী
ফীজিন ফীবান চন্ন লং
লৈশা লৈশানা লংদমকান
শিন্নাই ফিরুক নুংদুদা
ময়েক মশোন থোক্তনা
কেকু লোৎপী শান্নববু

ফীগে ফীবাল চল্লরোইদ্রা
ফীগে নরোল থোক্করোইদ্রা
লৈতক মমি কোকঙমদ্রি
মোইথাপ নঙসু চীনথোকলো
লংদুম নঙশু চীন্নাইরো
শিন্নাই শিল্লম কারসি
তেমথেং মশীং কায়দনা
কুন্নং লংনা ফীবানশেন
ফীগে ফীবাল চল্লুশি
চাংথ্রংনা খ্বাংলাক তম
ঙসি লাইগী লাইমাঙদা
ঈপোম নাইদা লৈনা শা
শাথেক কায়দা ওয়দা লৈ
কুমলংনা ফীবান চেন
চাংথ্রং ননীং তমজরো ।

(৪৫)

ইবেম্মা শকহেনবী
ইবুংঙো শকহেনবা
নঙনা শেম্বীয়ু শাবীয়ু
অব্রাং হুইজাও অচৌবা
মীরম হুইদি নারেকপা
কনানা ঙমগে য়েংলুশি

লাইবু শন্না কনাদি
মিরোল মীতৌ ব্লাতমদে
ইবেম্মা শকহেনবী
ইবুংঙো শকহেনবা
নঙগা, অহোয় অতন্না চায়েনতম
ফত্ত-হাওদি পৃন্নমক
চিংথ নাম্থা লৈতনা,
কছা অশেম আশা হৈবী
নঙনা শেম্বীয়ু শাবীয়ু
পোং খূৎকায়না
লেমহৌ চীৎথা থোক্লবা
ফদিবীগী শোরোক্তো
নরাল য়ৌদ লেপ্পা শি
চৎনা চৎনা লেপ্ন-শি
ইবুংঙো শকহেনবা
ইবেম্মা শকহেনবী
পুন্দ্রে পুন্দ্রে তুজনি ।

(৪৬)

ফদিবী মাদি উরক্তে
পুল্লে পুল্লপ পুলহৌবী
ঐখোয়গীশু ইমানা
কৈথেল ঙমোক লৈরকই

নীংথা নাহোং ওন্নরে
পোৎপু নত্তে তওথনি
ফদিবী লৈকাই কোয়হৌই
অনৌ য়েন্নিং মক্তুদা
নঙনা তারুনি মীরমদদি
চোংজবতনি ফদিবীদি
পেন্দা পেরে মপান্দুদা ।

(৪৭)

লীকলম পোরম কায়ফদে
ঐশু মতাই লেপচগে ইমা-ও
লম্বী নাল্লি তুগনি
ফদিবী ইশাই ককচগে
ৱায়েল কাতি লাকখিনি
ঐনা হয়েং চাউরগা
চাউর শারেপ ফারগা
খ্বাঙ মৈ তৎনা খৌশারোই
লমগী থবী ফূকতোকপি
মীৱা মীপাউ চৎলোইসি
ফদিবীগী লৈকোন্দা
নুংশি মপাউ লৈবনি
ৱারী লী লীখুন থি
ইচা মোরাম্বী পোরুশি
কৈথেলদগী মকুনা

পুলৈ ব্রাবী ব্রাশানা
মরৈবাক জগোইদি শাসনু
ফদিবীগী লৈকোন্দা
য়েন্দেমদি চন্না ফৃৎ
নোং মংবদা মঙ্গলদি
গদ্রৌ গদ্রৌ চাদৌরি ।

(৪৮)

শবিনা চোলোম তৌহৌই
ইতোন্না খরুং মপান্দা খৌশাহৌই
কোন্না লাবা খংচাউ চাউরকই
অরোন-অথূপ পল্লোল কোই
শেৎনা-খাইনা মরক্কুদা মহাক্লা
তুং নামৈদি চাক্লক্লে
কৌনাদা পাউরৌ মথায়দো
য়েন্নখাদুদা পোলি পোলি
মমাঙথোঙ লোনখ্রবনা
শামু ককা লিলি ককা
হয়েং লাক্লগে হয়েং লাক্লগে
য়ৌদ'লৈতে তাদ'লৈতে
নিংথৌ মনা ফক্লাং থেৎ
চোংলম ব্রাইরমদি চাদা
ক্লাকতানবদবু শগোল মতোংই

কোয়েৎ তোলোক অচৌবা
লৈন-লৈনা লৈতে হায়জিনবী
নপল পম্থৌ কাঙখদা
তুবিয়া চফূ লৈবনি
তুবিয়াদগী হিদাক্কো
চনিংতানা চাশিল্লু
ষনশেন শঙাক ঙম্নবা।

(৪৯)

তাইনবদা পুথরুই চীন ।
মশোং কারকই য়ৌরক্লবদা
ব্লারীনৈ লম্বী তেন্না
অচৎ-অওক্কী লৈপূংয়াকানা
কৈথেল কায়রকপদা য়াওবা নত্তে
খন্দুনা মন্দুনা পুরকপশু নত্তে
য়াওল শুরবনরা ?
কুমলাইগী লাইচুরা
ওন্থোক্লা পাম্মুইদা পাম্মুবা চানিংদা লৌনিং
বাচৃমদুর্মদি থীরুদা
তাইনবদা পুথরুইদা চীন
নিংথৌদি অঙক-অঙাওহৌ
শীংকূপ্পা শীঙ্গোই ময়োলশৎ
য়াথং ইন্দ্রা' ঙামী থেম্ম

নুংগী ব্লাবুদি ব্লাকাওনা
অহোয়ননা চৈথেংপী
তাইনবদা পুথরুই চীন
নব্লাগা পলেমগা
মী মরক্তা নিংথৌ
লাইওং তিন্নদা লাইচুরে
কৈথেল লাইরেম্বীদি কপচরি
চীঙ্খে হুনবা ঙাইজরি ।

(৫০)

কৌজবতনি ঐখোয় লোই মশেল
নুংকাউরে নীংশিংথোক্তা
কোলোয় নঙগীরা নপাউ নঙগীরা
কৌজবতনি ঐখোয় লোই মশেল
লোইনা লোইবু নুংকাউনরি
মফমসে শানংদে লালনংদে
মহৌশাগীনি মহৌশা ওইবা
থৌদা পাউখোল লৎনদে
পোংথৌ মতৌবু কান্নদে
কুমজা কয়া পাল্লকই লৈতানা
ইমা নহাকসে কৌজবতনি ঐখোয় লোইনা
তায়োন্নরে নুংকাউনরে নীংশিংথোক্তা
অহানবা খুম্থোক তম্লিবা

### ফদিবী শিংজু মহাও

ইয়েক ইশোল মাঙদ্রিবা
তোমথিন ঙানবা খুন্নাইদা
পলেম মিংকৌ নুংকাউববু
নুংশি মপাউ তম্লবোইদ্রা ?
ইনুং তৈনা ঙাল্লগা অয়ুক্তা
মচন-মনীংগা মোইথাপ শিন্নাই শিনকাফম
হৈকোয় লৈওংশুনা
শিন্নাই শিল্লম শিনকানা
ইমাগী নুংশি কোলোযশোন
হৈনা তুংইন্ তমজবা
লোইনা নাকোইননা নুংকাউবে
তয়োন্ননা মিংকৌনি
নুংকাউননা মশোন লমদি কান
কৌজবতনি ঐখোয লোইনা
লোইনা নুংকাউনবে
কোলোই নঙগীবা
নপাউ নঙগীবা
ইমাঙদা পরেং লেংলিবা
মিশৌ চঙ তুরৈ ঈবৈ থাং
কাম্হোক নাম্হোক ঙমদ খোঙ
থৈনা থৈনা লানঙমদা কৃৎলি মন্না
লাংওন থৌদৌ শকখঙনদে
লাইদা তাইনৈ মী নারবদা ।

(৫১)

লোইপোৎ থৌরুনি চৎখিবা
নুপী পুদুনা মরাকখি
ঙমদাইরুনি চৎখিবা
হোরেল হযেং খঙদবি
কান্থোক নান্থোক পুঙমদা থৌ
তুঙ্গা ফনেকনিবু হায়সিরা
ফদিবীদা লৈতেংবী
পোৎলোয়নিদি হায়বীদো
য়েনগা য়েরুমগা কাওনরে
লায়না লাইওং শকখংদে
কান্থোক লান্থোক ফূকঙমদা খোঙ
মিশৌচং তুরৈ ইরৈ থাং
থৈনা থৈনা মতম্না
শগোল হঞ্জববু ব্রারৌগদ্রা ?
লাংওন লাংদাইবু মওইরিদা ?
নোংখোংবদা শিখিবা
মপাবুং নিংথৌবু পঙবরা
মিনুংশি চাউবা শারাল্‌বা
লৈপাক থকখা ওনখিদো
মতম ঙাইনা তাঞ্জ' শেন
ইরকতা নঙ ঐগী
ইহুৎ-ইরেং শিনবীনি
ব্রাচুম পরেং লেংবিনি

ফৌনা শংবাই চোল্লগা
নশক নমিং থোক্কনি (নচু)
য়াবেং পবেং লেংলম্মী
থৈনা চৎঙমদে অমম্বা কোকঙমদে
লাযনা লাইওং খংঙমদা
তুবৈ ইবৈ থাং
লৌশি লৌমাং লৌচা ফংদা
লোং খবাইদা চৎত্রবা
মতমদুবুনি ঙাইবিবা
শনম মীনম তাদা
মচীন লম শা্‌ববু মচীন মৈ মুবা হৌবশি ।

(৫২)

কোবৌ মশক উবিঙৈ
অমম যাচং যৌদ্রিঙৈ
পম্বুং য়ৌশি ব্রশকনৈ
ইশক ইমিং খঙনহৌই
ব্রারীনা কৈথেল কাবক্লবা
নুংশি শক্তম তুংওইনৈ
অহন খুমন যৌবকপা
চৈঙাক-চৈশু তেংবাংলৌ
ঙাইনা চীংদি
চীংকাযদো
য়ৌদ্রি য়ৌদ্রি হায়নখিবা মতম

ফদিবী শিংজু মহাও

অমম্বনা লাঙ্গোয় চল্লশু
উচান মৈরাদি চূখৎলো
লৈপুঙদা লৈকাই ৱাচূমথি
শৈশক অমা কোম্থোং অমা
লৈকাই অমা শৈশক অমা
কিশিনা মশিং য়াম্লীদা
আ অথাপ্পা লমদম অমগী
মীৱা মৈনা মপাল শাৎ
নৌনা মৈনা চবীরনু
ইশক ইমিং কাউদ্রিঙৈ
অমম্ য়াচঙ য়ৌদ্রিঙৈ
কোরৌ মশক উরিঙৈ
নুংশি চান্না চিনতমনা
পার্নখিনি ঐদি পানখিনি
শলাই ফিদি কোয়েৎ মচা
অশি থৌদি মায়পুবা
পোলোই শৈরোইদা ময়েৎলি
কাউদা ঐ লৈরি শকতাকপা
মথংখনবা থৌপুবা
নখুৎতনি য়োইবু য়োইহেন

(৫৩)

অনৌ নুংশিৎ মবক অসিদা
লৈকাঙ চুবা নুংগী ৱাখল
অমত্তা কান্নদে অহলসু অঙাংসু
তাউথরকপবু ঈবোক্তা
শকউদা লৈনুং লাইথি মকোৎলি
কৌনদরা হাযনদবা নুংশিনা
অতাঙবদি অমত্তা পোকপদি
মহীদা মহীবেল
পিবাদা পিবারেল
অনৌ নুংশিৎ মরক অসিদা
থেম্বী ৱাখলদি লাযবি
অহোয়ননা ইকোকনোন
নিংথা নাহোং মনুং অসিদা
পীক্লিবা নৱা অমগুম
লৈকাং চুরা নুংগী ৱাখল
লৈকাং চুরা নুংগী ৱাখল
পোৎতপ্লা চৈতপ্লা
ইতৌ তমলো ইতৌ তমলো
চুম্বু চুম্লিদ্রা ?
মুনফাৎত্রিবা চবান চাবশিং
পীক্লিবা ইনখৎলক্লীবা নৱা
মচীনমেন ফীবালফোৎ
অনৌ নুংশিৎ মায়োক্লা
নিঙাইতৌবা থেল্লীদো
তাউথরকপা খুল্লীদো ।

(৫৪)

ইপামদগী থাবকতে
পিদোল্লা অতেক অনৌ
ইবুংগী ইপ্পাগী
অউন লীকফাং
পলেম পম্ভৌগী
কুজ লীপুন
অনৌ নুংশিৎ মবক্তা
লৈকাঙচুবে লৈকাঙচুরে
মীমাঙদা ফীরূক পুই
ঙম্মুনা উশিন শিন
অনৌ নুংশিৎ মায়োকনৈ
লৈকাংচুরে লৈকাংচুরে ।
ৱাদা কাক কাক
উদা কোক কোক
নঙবু মতৌ তম্বী উচেক্লা
ইরম চেক্লা নোঙ্গৌবী
ক্বাকপু শানা পাইঙমববা ?
তাখিদরে খোইনিং খোঞ্জেল
ক্বাকশু লানপাউ চেনখিদরে
ইরম চেক্লা নোঙ্গৌবী
নমিংতমক মঙায়রে
চোঙারাবগী মশোংদা
নুংশি লম্বী লৈবনি

যাম্বীনা খৌদেমঙৈ
হুইথৌনা চীফেঙ তমদ্রিয়ে
খমম্রাঙচা ইয়ুম হনখিবোই
ফুঙ্গা ব্রাবীনা ব্রাতম্বা
লৈপাক্তা খোইজৈনা খোৎলিদো
মীযানগী মনম নাইবা চেঙহি
বাতোল উতোল লোমসনু
খুলক-ইবক চাইনিংবা চাইশনু
কেগেদা ইনীংনি
মোইবাংদা নিংথৌ পানবনি
শানৌ নঙতা হোংগনু
শানৌ নুংজেং ইব্ধপনখিদো
ঙাপ্রন্না উকাবা উতোল লোমববা
থবোইনা মীচিকপা শব্দ ফংববা

(৫৫)

নোকলম্বা খোয়দৌ শীক্লা মহঞ্জন
চিন্দম্বা মহাও লৈনা চানবা হৈনিদা
চোথা পাথা পকলম্বা উনাগী লিক্লা
মযেকশু শুদা মবোলশু খঙদা অঙাংগী
চাউবকই পোনা-পোনা নঙ্গলদা লৈনা লৈনা
কায়রেদা তারুবদা খোঙজি মখোল
উবদশু কায়রে তাদিং জগোয়
হৈবী মনাগী শিংজু, ইপান্দা য়াওখিবা,

লুকমাই মচিদা য়াওরম্বা, " মহাও খঙলকই চাউরগা "।
চোংজনিংই শুমাংদা চাউনবা
শকচনিংই ঈশৈ শিংনবা
ৱারী লীখুন থিরূশনু হনুবা
স্না চীঙনূং লোকতগী
নুরা ইনেম মচাশু
খূৎশমননা লাকশনু
তুবী-শাথেক পুদুনা
লৈহৌনবা তুংকোইনা
শাদানবনা চাখ্রমাল্লে উরেম্বী
হাদ ইপু উশাই-ও
উচি থেম্বী লাকপবা ?
ইচা নিঙাই তৌদে-য়ে
ইচা নিঙাই তৌদে-য়ে
মোংফম শংলি মকুশু
অমম্বদা থবায় মিরেল থীনা
ইচাতোম্বীনা ওনখিবা
চেক্লা চাদি লাংমৈদোং
পাইরক্লোগবা নহাকপু
নতা নপিজা লংখুনু
লাংবন য়ৌব' পাইরকই
নঙদি কদাই হল্লক্কে
পাইবক্লোগবা নহ।কপ্
খুনু খরংগী লম্বীদা
লাইর-চরা তাল্লিবা শা
চীন্দ থাদোই থাদোই শোন

পেবেৎ ৱারীনা নুংদা পু
তৌদোল লাংদোল লানঙমদা
নবক্তকোক্লা হঞ্জনি ।

(৫৬)

নিঙোলবু কবি মতৌনো
মীতৌ মতম্না মবেল্লি
চগুনা চগানা মবেঙশিন
উন ৱাইমুক চীকই
খোংবা কাম্বন লাইমনকোক
খোঙথাফমদি মওইরি
নিঙোল কাদি যৌঙমদে
পোকপনা য়ুম্নাক অমদা
নিঙোলবু করি মতৌনো
ওইনবদ্দি নোংমা ফাদোক
চগুনা চগানা মবেংশিন
হৌনশানি নিঙোল লীচৎ
খোংবা কাম্বদা লাইমন কোক
ইশিনবদা লাইপু ওই
মীতৌ তম্না মরেল্লি
নিঙোলবু করি মতৌনো
ময়োলদা থৌগল জগোয় হৌদরি
তান চাদে মহায়বা
ঈচাওনা ঈচাও কনবনে ।

(৫৭)

ব্রাকোয়না মশীং য়াম্লগা
ঈনোৎ পাঙ্গল হন্থরক্
পাউ লুবনি কান্নদবদা
লৈমা মশুংলাং
চীন্নাইদা পাঙ্গল পাম্মোমতিং
লোনশুমদা পাউখোঙ-চন
তাবীবনা কাঙখাথাঙ
পৌরোল কোম্থোং চেৎনা থিং
লুবাক মখুম নাইদেদা
মতম থাগী থামৈনি
অমম লম্বীদি লমদোম্বা
চীন্দাপাউদা খোম্থোক্তে
চল্লরোইদো অরি পাউখোঙ
লৈমা য়েংনা খুনু-কা
মুল্লরোইদা নুঙফূৎপা
মশীং থীনা শুদা থি
শীংথা শীংথা য়ৌঙমদে
ফৌশনু ফৌশনু মকা লান্নবা
লুখ্রামচা কংনানবা
কোনুং হল্লকপা ঙাইহৌরি
কোনুং কুম্লকপা ঙাইনা য়েং
লৈমা মাগী ব্রাখলদা
শৌদোং লৈপূং লৈথোল্লী
পলেম করি পাউব্রু পুরকপা
খঙহনগেদো কংনান ইতীক ।

(৫৮)

থৌওই ৱাশাদা ঙকশমদুদা
সনা লীকফাং মহুৎশিন
অহাঙবা থরোইগী পবেংনা
লৈতেংবীবা ঙকশমদুদা
লমকোইবা হৌদোংগী ঙকশমদা
থরোই পরেংদি শিবিবি
মমাঙ মতম অমগী
লাই ওইরবা অহলশিংনা
চীন্নাইদা মচীন কিশি কি
চনবিরম্মীদো ঐখোয়দা
ফেনবিরম্মী ফিবান শেন্না
চাকঙাই পাউখোং ৱারীদুদা
ইচে থোপ্পী জগোয়দি হংচিৎনি
নঙনা তাল্লগা তাল
ঐনা চেল্লগা চেল
শকখিনি ঈশৈ হিংলি মতেক
ফৌ শঙপাই অচোনবা
ঙারি পরেং অচুম্বা
য়েংনা য়েংনা তিনচুম্বা
কলক্ইদা খোয়রাংইদা
মৌনা য়েঙ্গাংনি চাহৌরো
শোর শাংনা হোলহৌরো।

(৫৯)

ফদিবী নপাম্ চৎলুবা
করি য়েঙ্খাং চারকই
পুল্লেগা লাই থরোইগা ঈরোনবা চারকই
সনায়েঙ্গাং তেক তেকপান,
মপুনা চারগা মনাইনা য়েংহৌই
লোম্বা লোম্বী থাক্লকই ।
ইতা ঐগী লাইফদিবী
নঙদি ব্রাশু ঙাংদে
নখূৎশু হাইদে নঙদি
মীয়ানগী নুংশিবা চেঙহী মনম
মহাওগী ওইনম্বা
মনমদুগী নুংশিবা,
ফদিবী নঙবু খঙলমলিগদ্রা ?
নিঙোল শম্বল নাই
পিবা খুবম শিন
ইনাৎ ময়েং তারবোইদো
ইতাখোয় খোয়নৌখোয় '
ফদিবী মরূপ শান্নখি
অমাং-কোয়রেং তান্নশি
হোইবু লাউনা শান্নখি ।

(৬০)

মীরা পোৎলূম কোকথোংনা
শাগৈ রাখল মকাউথোক
শম্বন্নিবু হায়জিনবী
পনঙাক থৌবু থৌকাউনা
শকহেনবী মতৌ তমহৌই
নীঙখম শমজীন ঐখোয়গী
ফদিবী নঙবু খঙলমগদরা
কজেংলৈ লৈথোল নিঙোলগী
কাউবা নাইদা শানৌ নহাগী
ঈদা তোংদা চঙখ্রমাল্লে
ফদিবী ননাৎ নত্রবরা ?
য়েকতা শলাই তরেৎ
ফদিবী নঙবু খঙলমগদ্রা ?
লমগী ষনদি চীশাংবা
ফদিবী নহুৎ নরেঙশিন
ইনাৎ ময়ায় চমলে,
ইনাৎ ময়ায় চমলে ।
থাররো লাউ নঙশু ইশানৌ
মাঙদা থারো লাও
কঞ্জাও হুনবা মমাঙদা
কলক্ পেন্না থাররো লাউ
য়েন্দাই থন্না খুল্লু-শি
কলক্পা য়াম্মী

## ফদিবী শিংজু মহাও

কঙ্গাওবশু য়াম্মী
মাঙদা থারবো লাউ ।

অমেৎ অনোয় কোকথোংনা
ফদিবীবু শিংজু শু
ময়াল নত্ত' ময়াল শা
ইপাম লমদি কাঙখোং চাই
ইশাবী নঙবুদি ঙাইজরি
কলক্ খাম্বী মৈরক্তা
ইদু নিংথৌ য়াওরিবরা ?
পোলোই মৈরী চূখৎপিবা
ইচা খোমদোন মৈরৌবী
অম্মোল চন্না নারবোইদো
মনানা হৈমাং শাবনা
অনৌ য়ুম্ফম মতাল্লি
কৈরোয়নি য়ুম্লোন্নবা
চাকতীন্না ফিতীন্না
ঙাইহাক্কীনি মকাউথোক
কুইর-কুইর ঐগীনি হায়রক্
ইদুনিংথৌ য়াওরিবরা
ইচেম্বু কল্লো লাউ
ইপাম লমদি লমনুংশি
খাম্বী মৈনা মৈব্রাইরে
ইচেম্বু কল্লো লাউ ।

(৬১)

ঙসি কোবৌ নোংজাদি
যাইফ' পুঙফর্মনি লেমজবা
খোইমুনা ইল্লে খোইবাবা
শাবী শানৌ ৱাইথুংনা
হাক্লুমগী ৱাখল ঙসিগী যূম্নাক
নিঙোল মপোক ওইবননি
কলকইদে কলকই
নুমিৎ থাবু ইমানা কোয়
নচা ঐখোয়না নতৌ-তম
হৈজিং খবাইপুনা লুহোংজ
নুমিৎ-থা কোয়ববু নতৌ-তম
পাম্মু হৈনা তুংইঞ্জা
চাকতোল ফিদোল লোমদ্রিদা ।
নৱা ঐখোয হিংলিদা
নুবা পাখং পুবম কায়দা
পলেম্না কুজাযনা পুনবীবা
চিংঙ্কু য়াথংনি কাইফদবা
য়ুম্বান শৈহৌ অহানবা
নুবা শাবী শানৌগী
মাযখুম নঙগী হাংদোকলো
মমাঙ লৈকাইদি থম্বালবু শাংখ্রে
খোইমু-ও নহাকপু
নুংশি লৈশক-য়েং লৈৱাংগী
কয়াম কুইনা লৈৱাং তুংইন তমখিনি
কয়াম কুইনা লৈৱাং তুংইন তমখিনি

(৬২)

শমু ময়া মঙ্গে থেংগু
কৈদৌঙৈনো লাইরবগী
চীংগী লৈরাং অমদা
মশীং থীঙমদা লাইথোঙ
লাকঙমদ্রবা মীয়ামদুগী লমথুঙ
তাইবীনবগু লৈতা
কনাদবু ব্রাকৎলুনি, চীংগী লৈরাং
চৎনা লীক্লম তাঙ্গোয়-ওন
চৎনা লীখুন ওন্না ওন্না পাদমথা
পোলোই পন্থুং ঙাইরকই
পোলোইদদি অমত্তনি নঙ, ঐ
কৈদৌরুনি শামু ময়া মঙ্গে থেঙ্গু
কৈদৌঙৈনো লাইরবগী লাইবক
হায়না হায়না মঙলান্দা নুংশি ব্রারি ব্রাতম্মী
অরংবা মচুবু মউইদো অহোয়ননা
ইনগী খোংজি মতোন্দা পক্লম্মী
মৈঙাংবীদি ঙখা মচা অমত্তং
পলেম খোল্লাং মহুৎশিন
চিন্দম্লুনিদো নব্রাদি ওইবনা
লীক্লম তাঙ্গোয় ওল্লবদগু
চজীক্লা চরা ব্রাল্লুনি
পন্থৌ খোঙ্গুল লীঙন্নবা
শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী
চীংনুংগী লৈরাং লৈনুংশি
হাকুমগী সনা চীংনুঙলোক্তগী
পাইবিরক্লো ইনেম্মচা ।

(৬৩)

নোম্ন-নোম্ন তফিং তফিং
মকেনফাত্তা অবং-তম
নপাম মৈবু মৈচাকপবা ?
মতৌ কৰি মতৌনো নঙবু
নঙবু মৈহৌ নংলুববা ?
লৈকাই ফৌবী ফাৎপা ঙাইঙমদ
ফৌশুখোন থোক্তনা
শানৌ য়াঙ্কোক নবোল্লোনবদি
লৈকাই শৈ-থিবা লোয়ুম্বা
ফংলোইয়ে ফংলোইয়ে মীতৌনা
শানৌও করি ৱাখলনো
নিঙোলবু করি মতৌনো
শাগৈ পল পল্লান্না
লুখুমদতা ফমথিবা
ফম্মেনদতা ৱাজাওবা
নপাম খাম্বী মৈৱাইরে
নশাই কোন্দনি মৈকল্লো
নুংশি পাউজেল কুঙমল্লী
অনৌ য়ুম্ফম মিকাববু
নশাইকোন্দি কাউবরা ?
নশাইকোন্দি কাউবরা ?
নুমিৎ ময়ূম চঙখিগদৌবে
লৈকাই ইনেম্মচা-ও
পলেম মাবু উবরা ?
ইযাম্বখোয় ইচেমখোয়

পলেম চৎথি মায়কৈবু
লমতাকপিয়ু ঐঙোন্দা
লমতাকপীয়ু ঐঙোন্দা

(৬৪)

ঐসু লাক্কে ইমা-ও
ঐসু লাক্কে ইমা ও
নোঙ চুই লাক্কনু
য়েম্পাক তুপ্না লাকচগে
লম্বী নাল্লি লাক্কনু
চৈশু শুনা লাকচগে
ঐনা হযেং চাউবগা
চাউবা শবেপ ফাবগা
পল্লেম চেঙলৌ শক্তাকচা
মাযপাক্লা পনবু লানজগে
লৈদগীশু হেন্না থোৎলি
নূংদগীশু হেন্না কল্লি নিঙোলদি
নিংশিংহল্লি পুক্লিংদা ইমাবু
অযো নাহে হেদোচন
পল্লেম মাতবু মশোল্লী
চৈবী চৈথেংফং খাজ্জুথত্তা।
পলেম পলেম মশোল্লী
চাযোক ফজবী নাউয়োক নীংথিবী

ফদিবী শিংজু মহাও

নঙতনি পলেম নঙতনি নিঙোল
লৈতাফম ঐখোয়গী মালেম
ইমা নঙনি মিঙ্গৌনরি মীয়াম্না
মচু মাগী ফজবা পল্লেপ্তে
ইমাগী চানবিবা লোইনাইদে
অয়ুক কোম্ব্রোকপী
নুমিদাং কোনশিনবী
নুপীজা ওইবী মপোক্কী খুদোলনি
শিল্লমনি, মঙালনি, তেংবাংনি
মীথোয়বা লেমজবা মপোক অসিদা
ঙসিগু লৈশাং তম্লি
নৌরিবীদি লৈরাং কয়া কয়া
তুংলম ব্রাচুমথি মহৈ-মরোং চুম্নবা
ইমা নঙগী পাউতাক ফম্বালদা
ব্রাত্তা পাদা লম্বীদুদা
অথোই-অহেন লমতান্না
চীংকা, উকা, মব্রাত্তা
তেনকাপ থৌকাপ মতাদা
মীথোয়না মাঙচীল মথাইদো
নূংথাং য়োংথাং তান্নবা
চৈফূদা মীথিন্দা ব্রাত্তে তাদে
কাঙজৈদা কাঙলোন্দা,
ঙসি, ঙসিমক

### ফদিবী শিংজু মহাও

খঙদবা নঙতনা হায়বনি
ঐখোয় লৈকায় লাইররি
উঙমদ্র নঙতনা হায়বনি
মচীন নাইদে মরোল থোক্তে
ঙসি লাইগী লাইমাঙদা
খূৎথেক-শাথেক উৎচবা
ইপা মচুম তানবা
ইমা মরী খঙনবনি
লৈতমদনা লৈবু লৈশাৎপরা
লৈনম ফংদা থোইমু ইনবরা ?
শিলহৈবগী মমাঙদা
শিললোৎপনা শিনপাঙদে
খঙদবা নঙনা হায়বনি
উদবা নঙতনা হায়বনি
লম্বী নাল্লি হায়বীনু
নোংজু কল্লি ৱাতম্বীনু
লানঙমদা শান্নবুঙ লমজাওদা
মায়পাকপা মিংথোল নিঙোলগী
ইমাগীদমক নিঙোলনা
থৌঙম্বা থৌদাং লৌজগে
লম্বী নাল্লী হায়বীনু
নোংজু কল্লি ৱাতম্বীনু
ঐশু লাকচগে ইমা-ও
ঐশু লাক্কে ইমা-ও
ঐশু লাক্কে ইমা-ও ।

(৬৫)

ঙসি নোংজা অসিদা
হায়গদবা ৱাদি হাযহৌদে
চৎনদ ৱাবু ৱাচুম শাবনা
লীগদবা ৱাবিশু লিহৌদে
চৎনদ লম্বীবু লমফাৎলম্বনা ।
ঙসিদি কল্লকপা যাম্মী, ইনেমমচা
শাবী, কঞ্জাওবা য়াম্মী, মাংদা থাবোলাও
চাইরা লম্বী লমযাই ৱাইশিৎ-ৱাইতমজা
য়ুম্বাল খুনবাল্লী চনিং তানা মযোলদা
কোথ কোথ লৈকোন্ননা
ৱাচুম শানা ৱাতম্বা
ওইদ ওইববোয় নিংলুইদা
মৈরৌ চেগপনিবু কাউরুইদা ।
পনঙাক থৌঙাক মতম অমগী
চীংগী পনখোং অমদা
লোয়শং মচাদি মিংকৌবিবে ইতাওদি ।
মনিং-থোংদগী চঙলক্লগা
নচা লৌথোকউ ইচা শুমগে
চৎনদ লম্বীদি লমতাকপিবনু
চৎনদ লম্বীদি লমতাকপিবনু
চৎনদ লম্বীদি লমথোলবিবনু ।
অদুনি অদুমঙাই কৈদৌনি
মিংনবু তুংকোয় লম্বী লমথোনববা ?
শক্না চৎনা লম লমতাক ঙম্ববা ?
মমৈদদি

চাক চখোম অমত্তা চাজগে
চাফদে
ঈশিং খুয়া অমত্তা থকচগে
থকফদে ।
মচুদি অয়াকপনি মতম অসিগী
ব্রাখলশু আ-য়ৌই
অদুনি অদু মঙাই কৈদৌনি ।
নতুংদগীদো করিনো ?
ইচা খোমদোন মৈরৌবিনি
অদুদি চারগেদো চারগে ।

(৬৬)

অরি লিচৎ কুজ-য়া
কুমলংনা নাদা য়াল
খোয়্রখা শেৎপদি লৌরিঙৈ
মকু মাঙদা কোক খুমজ
মতম অমগী কৈবালদি
নামৈ লৈর কুঞ্জা লৈতে
অব্রাইবনা ইপোৎ শাই
লৈমা-য়েং খুনু-কা
লোয়রান চেন খোঙমীমচা
অনাবগী মিহুলদি
অরি নুংশিৎ খৌখাদা

অনৌ নুংশিৎ কাংইদা
মতম অসিদদি
য়ুম্বাল অনৌবা, খুম্থোক অরিবা ।

(৬৭)

লোয়শিন খমজিন চমাংনরিঙৈ
খঙহৌদ পোৎলক্তা মন কারক
মরক তালক ব্লাই-তোন্দা
ব্লাইথুংলরি ব্লায়োং চাদ
ফদিবী লৈকাই ইঙ্খোলনুংদুদা ।
জগোয় পোলোয়বু ঙাইরুগদ্রা ?
অতেক আনৌবু লৈরুগদ্রা ?
ব্লারু নুংজু থোকইদা ?
নুংশা শানা নোংজু কনবগী ।
ইমিৎনা ইনানা তাই অদুমঙাই
নাকলদা হুরান পোৎয়া য়ারুই
মনিঙ য়ুমজাওগী ।
ইশাই কক্লী মতমদো
নাওথি শারি পম্থৌদা
নংনা নত্রা থেম্বীরম্বদো
য়ুমজাও লৈরা নুঙাইনি
ইতৌ তম্লা নচু থোক্কনি
শিংজু ময়াল য়াম্লগা

শিংজু মহাও হেনগনি ।
চুমদবা ওইদবা কয়াশিংদুগী
মচিনদি মশিং লাকঙমদে
অচুম্বা অফবদি লেংদনা অদুমক-লৈ
ব্রায়েল কাতি লাকখিনি,
ব্রায়েল কাতিদি লাকখিনি ।

(৬৮)

অমকপা কুচু শেংলরোয় কৈদৌনুং
মমা পুক্লুংগী মমা পুক্লুংদগীনি
অমকপা কুচু শেংলরোয় কৈদৌনুং
পাদম-লাক চাং-ওন তম
অদুঙৈ লমজিনগী অব্রাং অনেম য়েংলুরগদি
চফু মচেৎনি চেগায় মচেৎনি ঐখোয়শে ।
চফু মচেৎতুগী
চেগায় মচেৎতুগী
অরংবা মচু মনি মিংথোলফং
তুংইন ঙমলে ব্রাত্তা তারুদা হরাওরুই ।
মওং মরিলদি নাইদে
অদুবু অদুনি অদু মঙাই কৈদৌনি
করি অমুক হায়রুনি হঞ্জিন্না ।
ফদিবী ইতা নংবু উদরো ?
ইতা নংবু তাদবরা ?

নউন নকুউ হু
ফদিবী ফিজোলবু কাউথোক
পোৎলোয, নাশিকানা শিনজিনবী ।
কৈথেল কংথক মথক্কুদা
ঙাবি নম্না ইমা কৈখেল্লক্কুদা ।
নংবু নুঙাইরিবরা ইতা ?
ইতা নংবু নুঙাইবিববা ?

(৬৯)

তুংইল্লি ফিবাল যাল
ফিজেৎতুগী ফিগাইদুগী
লিশিংদুনি ফংগদবা ঐ
যাঙ্খে পীনা ৱইখ্রবা তুংবু ইন্না ।
ঙসি লাই চখেৎপীগী খযাৎতুদগী
পাথবকপদি ঙাইজবি
হৈশোয মচেৎ অমতং
তাবকপদি ঙায়জবি
ফংজবদুনি ঙাইবিবশু ।
চৎনবীনিনা যাওদবশু মযাদে
নিংশিংলুববদি নোংমা ফাদোক
খুনুং ৱাখল কাঙ্খা-থাঙ
শগোল তোংবা থিনেৎপা
ইবোই তোংবা লুৱাউবা

ঐশে তৌগদবা লুরেদা
য়াঙ্খে পীনা ব্রাইখ্রবা
লিশিং লিশিং ফংলুগবা ঐনি
য়াঙ্খে পীনা ব্রাইখ্রবা ।

(৭০)

হৈরোলদি উপালথক্তা হৈরোৎপনি
উনখাক্লা ইনুঙ তৈর উনমাংখি
লাইর ইশাইকোন্দুদা
ক্লাকতান থৌরম তৌই চৎঙমদে
ঈরাৎ-থৌনি তৌই কোকঙমদে ।
মহাও লৈ, মিংচৎ লৈ
তুংবু-কোয়না শোন্নবীবনা,
মপুন্সি তেল্লি খঙনরিবা
লৈরাং শিঙ্গারৈ ! খঙনরিদো
খুনাই অশিদা শলাই ঐখোয়
নঙগী তাইবং ওইজনিংই হৈকেন্থাদা
হৈরোলগুম উনাগী কাচিল্লক্তা ।
লুক্রাক ব্রারূকাক্ল ব্রাকিং থাংলম্বগী
ব্রাপল মাশু মরাই কাংজরি
উনরি তানরিবা ঙাক্তনি
ইমান মচাদি পাম্মুবা নঙবু ।
মনিঙ য়ুমজাও চঙনা মৈরৌগে নিংবদি
কাজপ্লীনা চপচনি
কাজপ্লীনা চপচনি ।

(৭১)

খঙনা খঙনা চিন্নাইদা
শাবলদতা লময়েংবা
নমুং পাউরোল থাফদে
য়েলহৌঙে চজিকনি চাফদবরা ?
নুঙদবু নুঙলোলপু
হিংলুদবদি ময়াদে অমুক্তং
মফমদুগী চৎনা তুইন তন্না
অতানবশু চৈয়োম
অচেনবশু চৈয়োম
য়েৎনখাদগী লাকপদি নত্তে
নশুমাং ইশুমাং নঙ খংই ঐশু খংই
পারি পুরি নাইনা থম
লৈচন চানা পরিং কাইদা
লৈজদবা নঙগীদি খঙদে
পুক্কে চোল্লম্মী ঐগী, পুক্কে চোল্লম্মী ঐগী
ফিঙৌ ফৌবীররনু, ফিঙৌ ফৌবীরবনু
নুংগী ব্রাখল শৈরোলদা
লাইররবা ইরোলনা
নুংশি শৈশক তমজরুগে
ই-খুদেং লাই-খুদেং তানবা
ফিঙৌ ফৌবীররনু, ফিঙৌ ফৌবীররনু ।

(৭২)

নঙনা নিল্লুবগীনি
নঙনা নিল্লুবগীনি ।
মায়-পাক্লা নঙনা নাকলদা হরাওবা
মাই-পাক্লা কুবীবি, মমি শেংদ্রা মিংথোলদুদা ।
ইরোল ইরল মচু মক্লবনি
ইরোল ইরল মচু মক্লবনি ।
নরোল নত্ত নরোল-শা য়োক্লম্মী
য়োক্লম্বা মখোয়গী মরুমদা
অখং-অহৈ শা নখৌদি পোং
অখং-অহৈ শা নখৌদি পোং
নঙনা নোংমা খোংজবতনি
মৈচাক্কুগী মৈখাক্তি মুৎঙমলোয় ।
মমি শেংদ্র মীংথোলদা
মৈতৈ লৈবাক মহুৎশিন
মনিপুর মনিপুর মনিপুর !
মনিপুর মনিপুর মনিপুর !
নঙনা নিল্লুবগীনি
নঙনা নিল্লুবগীনি।
হিদান্ননা শানি জগোয়শু
তিল্লম লাইরমদি মকেন ফাৎ
মমৈদা মকোক, মকোক্তা মমৈ।
য়েল্লকপদা থুংলকপা চাকথুং
লৌজদ্র চরা হেল্লে
লৌজদ্র চরা হেল্লে ।

হিরিকোন য়ায়রিনা পুন
লীরম্বা তুংগী নত্রা লিকমাবা
তুংগীদি নত্রা লিকমাবা ।
তিল্লুরবনা লাইচুরে
নিল্লম্বা পারি পুরীনা
লোয়খি শায়েল ঙায়েলদা
লোয়খি শায়েল ঙায়েলদা ।
তিল্লুরবনা য়োক্তবদি ময়াদা মীচাবোক
য়োক্তবদি ময়াদা মীচাবোক, মীচাবোক
মীচাবোক, মীচাবোক, মীচাবোক ।

(৭৩)

লারৈ লাথুপ্লে
নাইনু কিশি থাংইদা
মালং শাহুম নাইদেদা
মতম খোঙলৈ চাদবনা
অইবা মাশু কৈদৌদে
অশৈবা মাশু কৈদৌদে
মপু চৈরাক কনখিবনা
খোরজৈ মাশু চিঙ্হোক্কে
খোরজৈ মাশু চিঙ্হোক্কে
মৈরৌ ফুঙ্গা নাইদবনা
অকাউ পরৈ চনবনি

অকাউ পরৈ চনবনি
নুমিৎ কাপ্পা তেলহৈবা
নুমিৎ মরূম নাইদ্রিঙৈ
খুনাই তম্পাক য়ৌনবা
লিচিং খরা কনশিদো
লিচিং খরা কনশিদো

(৭৪)

হায়রিমক্তদা হয়া-হে
ফৌশনু ফৌশনু য়ান্নবা
লুখ্রা মশিং য়ান্নবা ।
চৈনাদুগী মহাউনুংদা নঙনা
খঙলক উরক্ল নোংমা
ঐয়ো মশিং য়াম
ঐয়ো চৈনা খঙলক-উরকখিনি
নোংকৌবী নোংকৌ
নঙনা কম্বোং শারিদ্দো
লানৌগুম লাকোন নুংদুদা
খোঙ কংনা খুৎকংনবা
লাউ লাউ তুরেল লৈনাশি
লাউ লাউ তুরেল লৈনাশি ।

(৭৫)

অমম শঙ্গাই লাঙ্গোই-চন
ঙাল্লিদো পরেংদো অচুম্বা
ফৌবি শংবায় চোন্নবা
লাম্বা য়েংলরোইদো ঈয়াইদা
চোংলবোইদা অনৌ-য়েল
চোংলবোয়দা অনৌ-য়েল
হোরেল হয়েং ঙাইরিঙৈ
হোরেল হয়েং ঙাইরিঙৈ
নরাদি য়াতারি নিঙাইদা
কৈথেল ঙমোক ঙাইরিদা
অহিং চবুক য়ৌরক্লে
পলেম শাবী মমানা,
থম্মৌ থেক্লুম থেক্তোকখি ।

(৭৬)

ঐখোয় লৈকাই লাইররি
ঐখোয় লৈকাই লাইররি ।
ব্লাখা তাবা কোইজোম্বা
নিংথৌ চিরোল চঙখিদা
স্না মচু-শেংদ মনিনা শিন
মৈতৈ মহুৎ শিন কংলৈদা
কলকই-দে, কলকই-দে ।

## ফদিবী শিংজু মহাও

খোয়রাংবা হৈনিদা
নরোয় নপিজা ঐখোয়গী
ইপুগী পাউতাক ৱারিদি
ঙসিদি তমং খুৎশা মরোল থোক্কে
মনানা হৈমাং শাই ।
ঐখোয় লৈকাই লাইররি
ঐখোয় লৈকাই লাইররি ।

ৱাখলদো নঙগী
নোংমা চাবনা পুন্সিচুপ্পা
নোংমা চাবনা পুন্সিচুপ্পা ।
হঙ্গৎনা চারকপগী নিংদোল পোয়িরিঙৈ
অতেক অনৌদা মিত্তা খমদারিঙৈ
নারোলদা শরাক তম্বীখ্রে
নারোলদা শরাক তম্বীখ্রে ।

লমহেনবা ইচা চৈরিঙৈ
খোয়দৌ শাউগৎলিঙৈ ইমুংদা
লমগী ষনদি ষনকারক
ইয়ুম য়ুমজাউ মনশিনলকই ।
ৱাখলদো নঙগী
নোংমা চাবনা পুন্সিচুপ্পা
নোংমা চাবনা পুন্সিচুপ্পা ।

(৭৭)

য়াওলশু শুদ শরেপশু ফাদ্রি
মতমশিগী নুংশিৎতা
হুমদুনা পুবীখ্রে মাইখুম-ফি
হুমদুনা পুবীখ্রে য়াওলশুদ্রিঙৈ
মতমশিগী নুংশিৎনা হুমদুনা নঙবু
কিজেনে পিদোল্লবা ঐনা
লমজাউগী কল্লবা নুংশিৎ
তুশোল্লবনা মায়োক্লবদি ঙমজদা
লু-লুক্না খাঙজবনি
লাইবা ইশাই-কোন্দুদা
হুমদোকপিখি ইনমদগী পিদোল্লবা ইন্নফি
হুমদোকপিখি ইনমদগী ইন্নফি
যাওল শুদ মতমশিগী নুংশিৎ ।

(৭৮)

মচু চঙদে ঐঙোন্দা
মচু চঙদে ঐঙোন্দা ।
পরেং পরেং লেংলি
মথং মনাও কায়দরি
তুরোয় ঙামলোয় তুংথা-মাংথা
মথং-মনাও মথং মথং ।
মোমোন নোকপদা শেনখাউ চোন

পোক্তা পোকমিন্নবী ইচলগুম
নোংমা লেপ্তে ব্রায়থুংলুনি
নোংমা কাংদ ব্রায়থুংলুনি
নোংমা কাংদ ব্রায়থুংলুনি ।
কৈদৌঙৈনো নোংঙানগদবা
কৈদৌঙৈনো লাক্কদবা
অয়ুক্কী নিংথীবা মঙাল
নুমিদাংব্রাইরমগী ঙাংঙ্রানবা মচু
কৈদৌঙৈনো উগদবা
নত্তে ঐঙোন্দদি থোইদোকপা শেন্দোয়
শেন্দোয় নত্তে শেলেপনি
মচু চঙদে ঐঙোন্দা
মচু চঙদে ঐঙোন্দা ।

(৭৯)

অয়েংবগু নুঙাযরি
অতাবগু নোক্লম্মী
হিগী হিরম কায় ঈয়ায়দুদা
হিনাও শাবনা হিমায় চুমদ্রবদা
উরোং উয়ুং তুরকখি
লুবাক মখুম নায়দে
তমং খুৎশা মরোল থোক্তে ।
নেম্লম্মা নাপী ব্রাংলকই

হুইখোং-যেনখোং তোযবকই
শাপাউ লানপাউ কল্লকই
ঙসি লিশিং অনি অহুমশে
অশোনবগু পাম্বোম তিংগনি মতমদো
মচাগী হাকন্দা পলেম মমাশু
ঙসি লিশিং অনিগা অহুমশে
থৌদোক ব্রাথোক যাম্মীদা ।
মচন-মমিঙ নাযনা
তরেং শিন্নাই কা
অঙক-অঙাও হৌববু
শিংকুপ শিংগায় মযোলশৎ
হৈপাল লৈশাৎ তমজনিং
মপু শিহ্বা কায়দবা নোংদম্বা
কুবীয়ু নরোয় নপীজা নহাক্কী ।

(৮০)

মুল্লক্কনুদি য়ারোই
নোংমা নোংমগী হৈজিং ফাজীল্লক
ঙসিনি হয়েংনি খাঙনরি
তুংগী মাংগী খলহৌদা
ফদিবী শীংজু মহাওদা ককঙাওনা
লাঙ্গোয় চনখ্রে নাওশুম ইশৈশু
শক মাংলক শকলাকপা ঙমদা

ইমোমনি ইমোম ওইবীশিং
শাবালনা লৈচীন নোংফাই
শাথেক্লা কৈবু কৈওইবা
শৈথারি ঙসিদি
পানংগী মোয়থেম ইশৈনা ।

(৮১)

নুংপাল ওনমখৈ নুংনাংনৈ
লোয়রান কাংলম চেন্দুনা
মীপোৎ মীহৌ মীকাদৌ শরুক
নুংশি ফিঙৌ ফৌনবা
তালোয় শক হেন্ননবা
য়ুম য়ুমদা ফৌশু ফৌবী ফাৎশিদা
অহন্না ফম্নেন্দা ফম্বদি ফমশনু
অঙাং নংদি উনবু মায়োক্লেদা
মরুম্বীদা খুদোল তম
অনৌ য়াওলদা মতাইশিন
অনৌ নুংশিৎ য়াওন্নে
ইকায় ফীরুক খুম মীৎকী পীশু
পীখম্নরে মশিং য়াম্লবা লায়রবা
চয়োম য়োম্লী লায়রবনা
ব্রাজমন্নি নিংদোল পোম
পীখম্নরে মশিং য়াম্লবা ল্যায়রবা
পীখম্নরে লায়রবা ।

(৮২)

মীখুৎতুগী মীতৌদুদগী
অনৌবনি খল্লগশু
মীতৌনি নংগীদো মীতৌনি
নৌর অনৌ কব্রম্বা খুদোল
কবি অনৌবা উরবগে
ইনাক নক্লীবা
অরি ব্রাখল নত্তবা
করিনো অনৌববু
ইয়েক ইশোলনা লৈখা তাখ্রবদা,
ঙসিগী মীয়াম মতমসিদা মল্লে
ব্রাখলশু হকচাংশু মল্লমলে
ঙসিগী মীয়াম মতমসিদা মল্লে ।

(৮৩)

আচা থুই কনানবু চাবীনি
নথিলক্তা তাখরে
নয়ুংলক্তা তিনখরে
থুই কনানবু চাবীনি
চাকচা য়ুথক কাম্বনবা
য়াহিপ ফমফম ওন্নবনরা
পঙ্গল লৌশিং ফকচিন
ইশাগী ইমিবু উজদেদো

শকয়েং মিংশেলনবু ফত্তবনরা
শকয়েং শিংশেলদা ইমি তাদেদো
ইখৌ পোংনা খোংজবতনি
তাবীনবা কন্নাদি লৈরি
ইশাগী ইমিনা হংলকই
ইতাও নঙ কনানো
ইতাও নঙবু কনানো ।

(৮৪)

ইমাগী তম্পাক কেক্রুপাং
মংগী অনৌ লৈকোল
চায়রা লময়ায় ৱায়শিং ৱায়তমজা
ইঙাং পাক্তনা ইমু পামফেন্না
নিঙোল থৌদাং উৎলম্মী
পাখং পাম্বোম তিংলম্মী
নুংশিবা করি মতৌনো
পাম্মুবা নুংশিবা কযাগী কন্নাগীনো-নে
হিংলিবা থবাযনা কপচৈ
ইমা নংগী তম্পাক কেক্রুপাং
মংগী অনৌ লৈকোল
মৈরীকতগী মৈজাও হৌ
মৈরীকতগী মৈজাওবী
মৈরীকতগী মৈজাও হৌ ।

---

